# হোমিওপেথিকী

# অহানবা লায়েং



অইবা :- ডাক্তব এম নরসিংহ

ডি এম এস (কলিকতা)

ফোংদবা:— ডাক্তর অনুপ চান্দ টৈত্যেম

# হোমিওপেথিকী

# অহানবা লায়েং

অইবা :— ডাক্তর এম: নব সিংহ
ডি.এম.এস: (কলিকত্তা)

ফোংকবা :— ডা: অনুপ চান্দ জৈন

# অফোংবগী য়াহৈ খরা

মতম কুইনগী মমাংদগী মনিপুরী লোন্দা হোমিওপেথিকী লাইরিক ফোংবীযু হায়বগী দাবী য়াম্না লাক্লি মরমদি মনিপুরদা লৈবা হোমিওপেথিবু মুংশিবীবা অমস্তুং প্রাকতিস তৌব্রিব শিংনা বিজ্ঞান অসিবু নীংথিনা শণবা ঙমনবগীদমক । লোয়ননা মীযামনা মসিমস্তু খঙই মতুদি হোমিওগী হিদাকশিং অসি অতৈ অতোপ্পা হিদাকশিংগা চাংদমনবদা মমল য়ামদে, হিদাকশিং অসিগী সাইদ ইফেক্ট লৈতে অমস্তুং ফগ্রবদি মতমচুপ্পগী ওইনা ফগল্লি হায়বসি ।

ব্রোনকাইটিজ, হারা, টি.বি., থুংহিং থুংবা অমস্তুং অতোপ্পা উনসাগী লায়নাশিং মুং লৈবা, টোন্সিলাইটিজ এপেন্দিসাইটিজ, গ্লাণ্ড চাওথোকপা, মতুম লৈবা, অঙাং খাউ ওস্থাকখিব, রি কেটস, গাউট,, রিউমেটীজম, অর্থ্রাইটিজ, সিয়াটিকা হায়রিবা লায়নাশিং অসি হৌজিক্কি মোর্দন মেদিকেল সাইন্সনা রিসর্চ কয়া তৌরবা ফাওবদস্তু নিংথিনা মপুং ফানা ফংনবা ঙমদ্রি । অদুবু হোমিওপেথিনা হায়রিবা লায়নাশিং অসিবু সাইদ ইফেক্ট লৈ হন্দনা ফংনবা ঙমই ।

রাখল অসিগা লোয়ননা ঐহাক্না মনিপুরী লোন্দা হো-

P. T. O.

মিওপেথিক্কী লাইব্রিক মচা অমা ফোংজবা ঙম্বগীদমক্তা ঐগী ইথৌ অমা পাংথোকচবে হায়না মুংঙাইবা ফোংদোকচরি।

মরম অসিগীদমক্তা ঐহাক্না ডাক্তর এম নরসিং-দা "হোমিওপেথিক্কী অহানবা লায়েং" হায়বা লাইব্রিক অমা মনিপুরী লোন্দা ইবীয়ু হায়জখি অমসুং মহাক্না য়াবীহুনা লাইবিক অসিবু ইবীরকপগীদমক্তা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। ঐহাকনা আশা তৌজৈ মহুদি — "হোমিওপেথিক্কী অহানবা লায়েং" হায়রিবা লাইব্রিক মচা অসিনা মফম অসিগী লৈরীবা সাইন্স অসিবু মুংশিবীবা অমসুং প্রাকতিস তৌবীরীবা ইচিল ইনাওশিংগী মফমদা কান্নবা থজিক্কুংদা ওইরবসু পীবা ঙমলগনি হায়া।।

ডাক্তর অনুপ চান্দ জৈন।



# ৱাহৌদোক

ভাবতকী লৈরিবা লায়রবা প্রজ্ঞা মীয়াম অসিবু থজিক্তুংদা ওইরবস্ত ওইথোকপা য়াবা মওংদা লুংঙাইহনবা তারবদি অকনবা থৌদাং লৌহুনা মীয়াম অসিগী হকচাং ফহনবনি।

হকচাং ফগৎহন্নবা থৌরা, পায়থৎপনা অতোপ্পা থৌরাং কয়া পায়থৎপদগীদি অকানবা দবকার ওই। মীয়ামদা লায়েং-লগী থুদোংচাবা পীগদবসি খ্বাইদগী অহোঙবা মমলদা মীয়াম পুম নমক শিনথুনা কান্নবা ফংহনবনি। অসিগুম্বা থৌরাং অমা পায়থৎপা তাববদি হৌজিক ওইরিবা পোৎ-চৈ তাংখৎলকপা, শেলগী মমল লৈরক্তবনচিংবা সমাজিক অর্থনিতিকী বারিবা সমশ্যা অসিদা হোমিওপেথিকী লায়েংনা চপ চানা মীয়ামদা কান্নবা পীবা ঙমগনি।

লায়্রিক মচা অসিনা অরিবা অনাবশিংগীদমক্তদি যামনা হেন্না কান্নবা ওইদবা যাই অদুবু অয়াম্বা মকওইবা লায়নাশিংদি নৈনবা অসিদা য়াওরি। লাইবিক অসি ইজবগী মক ওইবা উদেশ্যদি যামদ্রবদা ইমর্জেন্সি কেশশিংদা ( medical & Surgical) অহানবা লায়েং ( first aid) পীদুনা অনাবশিংবু কনবা ঙম্নবা হোৎনবনি। মসিদা শিজিন্নগদৌরিবা হিদাকশিং অসি মমল হোংই, অমা, অতা লৈহন্দে অমসু, লাইনা শিজিন-

P T O

নবা য়াই। ঐহাকনা মকওইবা হোমিওপেথিকী হিদাকশিং শিজিন্নবা অকক্লবা লায়ওং খরদমক ইজরি। মরমদি কুপনা নৈনবগী অরাবদু পাবীরীবশিংদা অমুক নোহৌননা পীজনীদ্রে।

অনাবা অমগী চানবা হিদাক খনবা ঙমনবগীদমক মরুওইবা হিদাকশিংগী শিজিন্নফম মতা, চানা তোঙান তোঙানবা অনাব শিংগী নৈনরকপদা যাওহঞ্জরি।

লায়চৎ ওইনা তোয়না হেক হেব শন্দোকনবা লায়নাশিং বুস্ত মায়পাক্লা লায়েংবা ঙম্ববা অমসুং ত্থিংবদা শিজিন্নবা য়াম্না কান্নরবা হিদাকশিংস্ত তোঙান্না তাকচবি। লায়বিক অসি খ্বাই-দগী চম্বা মওংদা কনাগুম্বা অমনা হোমিওগী হিদাকশিংসি হেক্তা শিজিন্নবা ঙমবা ইজবনি অত্থবু টেক্নিকেল ওইবনিনা অরুবা খবস্থ থেংনবীগনি নীংজৈ।

জাতিগী হকচাং ফগৎহন্নবগী থৌবাংদা ঐহাকী চম্লবা খুদোল মচাসিনা খজিক্তংদা ওইরবস্থ অনাবশিংগী সেবাদা মতেং ওইবা কংলবদি কোংজমনগী মহৈ যাল্লে খঞ্জগনি।

ব্রাংজিং
জানুয়ারী ১৮, শগোলশেল, '৮০

ডাঃ এম নবা সিংহ
ডি.এম এস (কলকতা)

# অয়াঙবা তাকপা

১। হোমিওপেথি করিনো ?

২। অশঙ্বা তাকপা

৩। হিদাক শিজিন্নবা তাকপা, হিদাক থনবা অমস্তুং অনাবশু সাধারোন ওইনা যেংশিনবীবগী মওং।

৪। লায়েংবা—

(ক) হিদাক পীজবগা লায়েংবা

— লোক খুংবা অমস্তুং নপ তাবা (Cold & Coryza)

— লোক খুবা অমস্তুং ক্লাস্থ ক্লাস্থ খুবা (Cough & Whooping cough)

— পুকচৎপা (খোংহাম্বা) Cholera

— পুকখিনবা (Colic)

— মিৎ নাবা (Conjunctivitis)

— খোঙহাম্বা (Diarrhoea)

— ঈতোন ফাইবা (Dysentry)

— নাকোংগী অনাবশিং (Ear affections)

— থবোম্বী পোমথৎপা (Pneumonia)

— কিগনবা (Neurosis)

— অঙাং উন্নবা (Labor or Delivery)

— লাইয়ৈ চৎপা ( Miscarriage or Abortion)

— তাং চিকপা অমস্তুং শক পোমথৎপা (Rheumatism and Arthritis)

— য়া চিকপা (Toothache)

— খুদক্তা ব্রাহ্বা ( Sudden Collapse or Heart Failure)

— লাইহৌ (Fever)

P T. O.

(খ) সর্জিকেল (খুৎ চঙবা ১ম্মুং মপান্দা হিদাক তৌবা)
— অশোক অপন ১ম্মুং মহু পানরগা চিকপা (Injuries & Insect Bites) ঈ হাথবা(Haemorrhage)

(গ) লায়চং অমসুং লৌনগনবা লায়নাশী থিংনবা হিদাকশিং (Epidemics and their Preventives)

---

# অশয়বা তাকপা

Q = মাদর টিঙ্কচর (Mother Tincture)

Ext = মপান্দা তৈনবা (Tincture for external use only)

∟ = হেক্সিনবা (worse or aggravation)

> = ফগৎপা (Better or ameleoration)

P M.= নুমিৎ য়ুংবা মতুং (Afternoon)

A M = নুমিৎ য়ুংবা মমাং (Before noon)

1×, ২×, ৩×, or 6× = Decimal Scale গী হিদাকী Potency

3, 6, 30 or 200 = Centicemal Scale গী হিদাকী Potency

2c = 200 (চনি)

1M = 1000 (লিশিং অমা)

10M = 10000 (লিশিং তরা)

CM = 100000 (লাখ অমা)

0/1, 0/3, 0/12 = 50 Millesimal গী Potency শিং।

---

# হোমিওপেথি করিনো ?

হোমিওপেথি হায়বসি মেদিকেল সাইন্সতা অনৌবা অমস্তুং বিপ্লবিক ওইবা লোঁজ অমা ওইবকথিবতা নত্তনা অচৌবা ১দি মপুং ফাবা থেরাপেটিক সাইন্স অমনি। লোয়ননা অনাববু নিংথিনা ফহনবা ঙমলবা আর্ট অমস্তুনি।

ইং কুমজা ১৭৯০ দা জর্মনিগী ফাওববা ডাক্তর সাম্যুয়েল হ্যানিমেন্না (Dr Samuel Hahnemann) হোমিওপেথি হায়বা বিজ্ঞান অসি পুথোকখি। মশাগী চহি ২৪ দা এম ডি. লোয়রবা অমস্তুং পৃথিবীগী লোল ১৪ খঙবা ডাক্তর হ্যানিমেন মতম অদুগী খ্বাইদগী ফাওরবা ক্যেমিষ্ট অমস্তুনি। মহাকনা ছিনকোনাগী উকু (Cinchona bark) চাকবদগী মেলেরিযাগী লাইওং থোরকপা থেংনখি। কুইনাইন হায়বা হিদাকশি ছিনকোনাদগী শুংবনি অমস্তুং মতম অদুদগী হৌনা মেলেরিয়াগী অমত্তা ওইরবা হিদাক ওইরকখি। অদুবু কুইনাইন শুংইবা উকু মাহক্তু ডাক্তর হ্যানেমেনা চারুবদা মেলেরিয়াগী লাইওংশিং থোরকপদুনি য়াম্না রিমর্মা কেবল ওইরিবদি। সার আইজাক নিউটন্না হৈত্রুপ তারকপদগী পৃথিবীগী চিংশিন্নবা শক্তি লৈবা পুথোকখিবগুম্না

ডাক্তর হ্যানিমেনসু ছিকোনাগী মহি থকলুবদগী হোমিওপেথি পুথোকখি।

মান্নববু মান্নবনা ফহনবা (Similia Similibus Curentur) হায়বা প্রকৃতিগী নিয়ম অসিবু অনাবা ফহনবগী অনৌবা বিজ্ঞান অমা ওইনা ডাক্তর হ্যানেমেন্না পুথোকপা ঙমখি। মরম অদুন* অনৌবা নিয়ম অসিনা লায়েংববু মহাক্না Homoeopathy হায়না থোনখি। মসি গ্রিক ৱাহৈনী।

Homoeos = Similar, Homogenous তগী শাকপনি।

Pathoes = Suffering হায়বনি।

অদুগা হান্নগী লায়েংবগী সিস্টেম্সুনা হিদাকা অনাবগা ডাইরেক্ট মরি লৈনদে হায়বদি মান্নবনা মন্নববু ফহনবগী নিয়ম যাওদ হায়দুনা Allopathy হায়না মহাক্না থোনখি। মসিসু গ্রিক ৱাহৈনী = Alloes = disimilar, Pathoes = Suffering হায়বনি। মহাকনা Allopathy বু Hetropathy নত্রগা ordinary school of medicine হায়নসু থোনখি। (Vide Organon of Medicine by Dr Samuel Hahnemann translated from the original German language into English by Dr Dudgeon)

Organon of Medicine হায়রিবা লাইরিক অসি Dr Hahnenann না শোক ১৮১০ দা ফোংখি। মসি ফোংলক পদগী পৃথিবী শিনথুংনা মেডিকেল সাহিত্যতা অনৌবা য়াওন অমা লাকখি লোয়নননা ডাক্তর হ্যানেমেনগী পুন্সিবু লমখাংদা মাঙহন্নবা

কয়া হোৎনখি। লাইবিক অসিবু Homoeopath শিংগী Bible নি হায়নস্থু খংনৈ। অদুগা organon হায়বগী অর্থদি সাইটি-ফিক ইনভেস্তিকেশন হায়বান।

ডাক্তর হ্যানেমেনা মতাকী organon of medicine হায়রিবা লাইরিক অসিগী অহানবা Aphorism দা অস্থুম্না ইবমই— "The mission of a physician is to restore the sick to health, to cure as tt is termed" ফিজিসিয়ান অমগী মথৌদি অনাববু ফহনবা হায়বসিনী লোয়ননা অনাবা ফহনবসি কনম্না মওংদা ফহনগদগে হায়ববু খ্বাইদগী আইদিয়েল ওইবা (highest ideal of cure) মওংদা ফহনগদবনি হায়বসি ডাক্তর হ্যানেমনগী চপ যুংনা খনবা ৱাখল ওইরমই॥

ওর্গেনন ওফ মেডিছিনগী—এফোরিজম ২ শুবা হায়েষ্ট আইদিয়েল ওফ কিওর হায়বসি মযেক শেংনা অমুক তাকলি— "The highest ideal of cure is rapid, gen'le and permanent restortaion of heal'h or removal and annihi'ation of the disease in its whole extent in the shortest, most reliable and harmless way, on easily comprehensible Principle"—হায়বদি য়াম্না থুনা ফিং লেম্না অমসুং মতম চুপ্পগী ওইনা অনাবদুবু খ্বাইদগী তেনবা মতমগী মনুংদা, খ্বাইদগী থাজনীংঙাই ওইবা অমসুং অমাং অতা হায়বদি সাইদ এক্কেক লৈতবা মওংদা অমহিকসুং ইরাই লায়না

খঙবা যাবা নিযম অমগী মখা পোন্না ফহনবা ঙম্বহুনি।

নিতি অসিবু চপ চানা ঙাকতুনা অনাবা ফহনবা হায়বসি অরাইবা থবক অমত্তু অমস্তুং হোমিওপেথিতনা হাযরিবা নিয়ম অসি ঙাক্লা চত্তুনা অনাবা ফহনবা ঙমগ। হিদাক্কী এক্সন্না হেন-হুনা অনাবদু মতম থরা নমশিন্দুনা থম্বা অমস্তুং হিদাক্কী এক্সনদু লোইরবা মতমদা অনাবদু অমুক হৌরকপা অসি হোমিওপেথিক্কী লায়েংদা নওবা অতোপ্পা লায়েংশিংদদি য়াম্না তোয়না থে কপা ঙাক্তনি।

হোমিওপেথিক্কী হিদাকশিং অসি নাদবা মীওইশিংদা হান্না চায়েং তৌরবা হিদাক ঙাক্তনি। চায়েং তৌববা হিদাকশিং অসিগী লাইওংশিং রেকোর্দ তৌহুনা থমলি অহুগা কনাগুম্বনা হুায়রিবা লাইওংশিং অসিগা মান্নবা নারক্লবদি হিদাক্তুক অজ-গনি অমস্তুং অনাবদু শোয়দনা মান্নবা মান্নবনা ফহনবা হাযবা প্রকৃতিগী নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না ফংগনি। অতৈ অতোপ্পা সিষ্টেমদদি হিদাকশিং অদু নাদবা মীশিংদা চায়েং তৌবগী মহুত্তা lower animal শিংদা হায়বদি শা-ঙাদদা চায়েং তৌই। মসিদা হোমিওপেথিনা য়ানিংবা য়াংলি মরমদি শা ঙাগা মীওইবগা মান্নবা লৌবা য়াবোই। মীওইবগুম্না শা ঙাদি রা ঙাংবা ঙমদে অমস্তুং চিঙ্গাক অমদি হেবিদ পুম্নমক থেংনৈ। মরম অহুনা কুপ-শিল্লকপা মতমদা য়াম্না থেংনবকই। মী ফাওবদা কনাগুম্বনা শুক-শাও শাওগন্দে লোয়ননা চিঙ্গাক অস্তুং হেবিদ তোঙান তোঙানলি।

পুন্নমক অসিনা মীগা শাগা মান্ননা লোবা য়াব্রোই অমস্তুং হিদাকস্তু চান্নবোই হায়না হোমিওপেথিনা লোই।

হোমিওপেথিকী ফিজিসিয়ান অমা ওইবা তাববদি মথাগী গুন নিপাল অসি চংই নত্রবদি হোমিওপেথি মায় পাক্না প্রাক্তিস তৌবা ওইথোক্কে।

১। Knowledge of Correct Similimum — মথক্তস্ত হান্ননা পঙ্খ্রে মতুদি হোমিওপেথিকী হিদাকশিংদি নাদবা মীদা হান্না চাংয়েং তৌই মতুদগী থোরকখিবা লাইওংশিং অতু রেকোর্দ তৌতুনা থমই অমস্তু, মসিগী রেকোর্দ বুক অসিবুনি Materia Medica হায়রিবা লাইরিকতু। হোজিক্তি Materia Medica অসিবু Pharmacodynamics হায়নস্ত কৌনরে।

অনাবা অমগী লাইওংশিংতুগা খ্বাইদগী মশিং য়াম্না মান্নবা লাইওং থোকহনবা ঙমখিবা হিদাক্তু চুম্না শনবা ঙমগদবনি। মতুতনা অনাবতু ফহনবা ঙম্বগী অহানবা ফিজিসিয়ানগী গুন্নি।

২। Knowledge of minimum dose :— মিনিমম দোজ হায়বদি অনাবা ফহনবগী এক্সান পুথোকপা ঙম্বা খ্বাইদগী পিকপা হিদাকী চাং হায়বনি। হোমিওপেথিকী হিদাকশিং অসি চাং হেন্না চাবা য়াদে মরমদি চপ মান্নবা লাইওং থোকহনবা ঙমই। মরম অতুনা দরকার লৈতনা অনাবতু হেক্তিন্না অন্নাবা থোক্তনবা খ্বাইদগী পিকপা হিদাকী চাং (মতুনা অনাবতু ফহনবদি ঙমগদবা) অতু শঙবা ঙমগদবনি।

৩ । Knowledge of repeatation of dose :—

মথক্কী গুনশিং অসি লৈবতনস্থ অনাবা অমা মপুং ফানা হেক্তা ফহনবা হায়বসি অহুমশুবগী গুন অসি লৈত্রবদি ওইথোক-লোই । মরমদি অমুক হন্না পীজবা দরকার ওইরকপা মতমদা হিদাকতু পীজদ্রবদি অনাবদু অমুক হৌরকপগী তাঞ্জা লাক্কনী । মবম অতুনা কয়াবক হন্না দোজ repeat তৌতুনা অমদি করম্বা মতমদা অমুক হন্দুনা পীজগদগে হায়বসি মুনা খঙগদবনি ॥

৪ । Knowledge of vital force — Vital force নত্রগা Life force লৈ কায়না হোমিওপেথিনা থাজৈ। অনাবা হায়বসি Vital force পু মপানগী ডাইনামিক ওইবা শক্তি (morbific agent) না এতেক্ট তৌবদগী মথৌ নোর্মল ওইনা তৌরক্তবা অতুবুনি হায়না ডাক্তর হ্যানেমেনা পুথোকখি । অনাবনা Vital force তা হান্না এতেক্ট তোই অমসু, মতু লাইও, ওইনা উংপা হৌরকই । অসিগুম্বা ডাইনামিক ওইরবা শক্তি অসি ডাইনামিক শক্তি য়াওহল্লবা হিদাকনা লায়েংগদবনি । মতুতনা অচুম্বা লাইযেং ওদগনি ।

৫ । Knowledgə of Drug Dynamisation — হোমিও-পেথিক্কী হিদাকশিং অসিবু ডাইনামিক ওইবা শক্তি লৈহন্দুনা শিজিন্নবা দবকার ওই । মরমদি Vital force কী থিওরী মতুং ইন্নসু অনাবসি ডাইনামিক শক্তি অমনি মসিবু লায়েংতুনা ফহন-বদা ডাইনামিক ওইবা থৌওং অমসুং মতুগী গুন লৈরবা হিদাক শিজিন্নগনি । মরম অতুনা হোমিওপেথিক্কী ফিজিসিযান অমনা

তঙাই ফদনা drug dynamisation or potentisation হায়বদি হিদাক্কী মগুন হাপ্পগী থৌও, অমসুং জ্ঞান অচু লৈগদবনি।

৬। Knowledge of Drug Proving।— মান্নবনা মান্নববু ফহনবা হায়বা প্রকৃতিগী নিয়ম অমা ফারগা শিজিন্নবা বিজ্ঞান অমা ওইবনা নাদবা মীদা হিদাক চাংযে, তৌবগী জ্ঞান অচুস্তু নিংথিনা খঙফম থোকই। মসিগী জ্ঞান অসি লৈরবদি কৈদৌ-ঙৈদস্তু হোমিওপেথিনা লায়েংবদা মায় পাক্লে'ই।

৭ Konwledge of Chronic disease।— মতম কুইনা ১স্থু, শাংনা নাবা অনাবশি গী তোঙান তোঙানবা ন্যেচর লৈজে। লোয়ননা মীওইবা জাতিনা নারিবা অনাবশিংগী অয়াম্বা শরুক্কি Chronic disease নী অমসুং মখোয অসি নিযম চুন্না নিং-থিনা লাযেংহৌদ্রবদি মীওইবগী পুন্সি কেমহল্লি। মবম অসিনা মসিগী জ্ঞান অসি নিংথিনা লৈগদবনি। Chronic disease পুম্নমক Psora, Syphilis অমসুং Sycosis হাযরিবা অহুমসিদগী থোরকপা ঙাক্তনি।

৮। Knowledge of obstacles in the path of cure।

হায়রিবা মথক্কী জ্ঞানশিং অসিগা লোয়ননা অতোপ্পা চংদবা য়াদবা গুন অমগা লৈরি। মতুদি লায়েংতুনা হিদাক চারিঙৈ মন্নুংদা অমদি অনাবতুগা চানদবা ফিভম কয়া অমসুং কান্নদবা পোং, চিঞ্জাক, হেবিদ কয়া থাদোক্কদবা অমহিকসুং শমনহল্লোই বা কয়া লৈবিবা মশক খঙনা পাংতাব পীবীহৌদ্রবদি ফগংহনবা

থিলহল্লি অমস্তুং কইন্দবা ফাওবা য়াই। মরম অসিনা হায়রিবা জ্ঞান অসিবু ফিজিসিয়ানশিংনা মমুৎ তানা খঙগদবনি।

হোমিওপেথিক্তা য়ায়দি চম্বা অচুগা ইন্টরেস্তিং ওইবা 'দি হিদাক পোটেন্টাইজ তৌবগী প্রোসেস অসিনি। (Drug Potentisation নত্রগা Dynamisation হায়বা বাহৈ অনিসি অর্থ চপ মান্নে) খুদম ওইনা Cinchona গী Tincture শরু অমগা Ethyle Alcohol গী শরক ৯৯ তিন্নরগা চাং মান্ননা ১০ রক শুথগনি। মসিনা অহানবা পোটেন্সিনি। মথংগী পোটেন্সিস্তু অহানবতুগী শরুক অমদা Ethyle Alcohol গী শবক ৯৯ অমুক্কা তিনশিল্লগা চাং মান্ননা ১০ বক শুথগনি। অস্তুমনা মথং এথং alcohol গী শরুক ৯৯ হেনা হেন্না তিনশিন্দুনা শেমলকপা প্রোসেস অসিবুগী পোটেন্তাইজেশন নত্রগা ডাইনামাইজেশন হায়রিবশি।

করিগীদমক্তা মসিবু ডাইনামাইজেশন হায়রিবনো ? নৈনফম থোকপা বাফমনি। অহানবদা ডাক্তর হ্যানেমেন্না হিদাক পীজবগী চাংশি শেপনবা হোৎনরকপদা হিদাকী Toxic affect লৈতনবা dilute তৌদুনা পীজবা পাম্লমই অমস্তু dilute তৌবগী অককনবা নিয়মশিং মহাকনা চায়ে তৌরমই। Alcohol গী শরুক হেন্না হেন্না তিনশিল্লগা হিদাকী শক্তিদি কনবা অস্তুম অস্তুম হেনগৎলকখি অমস্তুং অঙকপা অমা ওইনা লায়েংবদস্তু হেন্না কান্নবা ফল ফংলকখি। মসিদগীনি হ্যানেমেন্না ডাইনামাইজেশন থোল্লমলিবা।

ঙসিদি কুপনা থিজিল্লবগী তুংদা Physical Chemistry গী Laboratory না অস্সুম্না ব্যাখ্যা তৌরি—"The more dilute the electrolyte i e the solution the less is the number of atoms and consequently ions increased" অসিগুম্বা য়াম্না এদভান্স ওইরবা atom থুগাইবগী theory অসিবু ঙসিদগী চহি ১৫০ গী মমাংদা ডাক্তর হ্যানেমেনা থবক ওইনা পুথোকতুনা মী ওইবা জাতিগী কান্নরবা বিজ্ঞান অমা হোমিওপেথি ওইনা খুদোল তৌবীরম্মে।

হোমিওপেথিক প্রাকতিস তৌথিবদি নত্তবা অতোপ অতোপ্পা অফাওবা ডাক্তরশিংনা মথাগী অস্সুম্না ইবীরমই "There can be no cure of the Chronic Diseases without having the true Knowledge of the Pharmaco dynamics" by Crantz and Kars writers of the " Principles of Pharmacology"

'There are many more diseases than what Text book writers can imagine" Vide Prices Text Book of medicine মনম.শ. অসিনা তাক্লে মতুদি হোমিওপেথিকী নিয়মদা হিদাক খুদিংমক নাদবা মীশিংদা চাংযেং তৌতুনা মথোয়গী এক্মন ১স্মুং রিএক্মনশি, মপুং ফানা খঙদোকতুনা নৈনগদবনি হাযবসি। মতা, অসিদনি হোমিওপেথিনা অতোপ্পা মেডিকেল সিষ্টেমশিংদগী মাঙজিন থারিবা।

শিজিন্নরিবা হিদাকশিংগী হৌবক্কফমশিংদিঃ—

১। Vegetable Kingdom (মনা মশিং অমসুং পাম্বীশিং-দগী শুংবা)

খুদম ওইনা – Aconite, Belladona, Cactus, Hyo-syamus, Stramonium etc

২। Animal Kingdom— (শা ডা অমসুং মখোয়গী পো-ৎথোক্কুগী শুংবা)

খুদম ওইনা — Apis Sepia, Carbo Animalis, Cantharis etc

৩। Mineral Kingdom— (খনিদগী ফংবা পোত্তগী শুংবা)

খুদম ওইনা—Angentun Nite, Mereuiry, Sul phur, Cuprum Met, etc

৪। Nosodes—(অনাবগী পোৎথোক্কুগী শুংবা) হায়বদি লাই ৎথোকপগী মহিক্রচিংনদগী শুংবা

খুদম ওইনা — Malandrinum, Bacillinum, Diphtherinum etc

৫। Sarcodes— (অহিংবা Cell গী Secretion শিংদগী শুংবা)

খুদম ওইনা—Pituitarine, Adrenaline etc

৬। Impondrebilia— (ইনর্জিদগী হিদাক শুংবা)

খুদম — X Ray, Magnate, Electricity etc.

(N B Animal Kingdom দা চনত্রবস্থ তোঙাম্না পঙ্খনিংবা অমদি Snake Venom হায়বদি লিলগী হুদগী অমসুং অতোপ্পা

মচু পানবশিংদগী হিদাক শুংদুনা শিজিন্নখিনবু হোমিওপেথিনা অহানবনি। থৃদম— South Brazil দা ফংবা Surrukukoo Snake poision দগী শুংবা হিদাক Lachesis লিন্দুগী হুদগী শুংবা Vipera খারোগী হুদগী শুংবা Naza অমসুং হংভোইগী Bufo gland (poision) দগী শুংবা হিদাক Bufo অসিনচিংবনি)

হুশিং অসিবু Homoeopathy গী Principle হায়বদি Similia, Similibus curentur গী মতু, ইন্না হিদাক ওইনা শিজিন্নরকপদা য়াম্না কান্নরবা পুন্সি কন্নবগী অঙকপা মগুন লৈরবা শিদ হিদাক ওইহল্লে।

ঐহাক্না পিকপ্রবা লাইরিক মচা অসিদা সাইন্স অসিগী লোয়বা নাইত্রবা পাক চাওপ্রবা ৱাখল পরিং, থিওরি অমসুং প্রাকতিসপু মপুং ফানা নৈনজবা ওইথোক্তে। অদুম ওইনমক ঐহাক্না খঙজবা খরদং লায়না খঙবা য়াবা মওংদা অমদি সাইন্স অসিদা পুক্নিং থিংজিনবীবা কনাগুম্বশিংনা অরাবা তারবা অনাব শিংগী সেবা তৌবদা মতেং খজিক্তংদা ওইরবসু পীজনিংদুনা ইজবনি। মসিনা অহানবনি অমসুং মথং মথং বিষয় তোঙান তোঙানবদা ইজনীংবগী ৱাখলসু লৈজরি

হোমিওপেথিকী অহানবা লায়েংদা ইজরিবশিং অসি য়াম্না চম্না কনাগুম্বা অমনা First Aid কী নিয়ম অমসুং হিদাক খজিক্ত খঙজিনবীরগা ডাক্তরগা উনবা ফংদ্রিবৈ অমসুং হোস-

পিতালদা য়ৌবা ন দ্রিংদা অনাবদু কন্নবা থৌবাং ১সুং মাতং পীবীনবগীনি । অদুবু লাইনিক অসিদা নৈনজরিবা অসি চুমনা শিজিন্নবীববদি অযাম্বা মতমদা ডাক্তর উনদনা অমদি হোসপি-তাল যৌদনা অনাবা কনবা ঙম্বসু তন্তনা থেংনবীগনি ।

পাবীরীবশিংদগী লাইবিক অসিবু কমেন্ট তৌবীবকপা, মথ-ফোংবদা হেন্না শৃজনবগী মত পীবীবকপা অমসুং ইজরিবশিং অসিগা মরি লৈনন্না হংবীনীংবা ব্র,হংশি, লৈবীরবদি পুন্নমক তবাম্বা ওকচবি ❋

Dr M Nara Singh
D M S. (Cal)
Rational Clinique
B P O. Wangjing Baza
MANIPUR

ৱাংজিং
তাং ২২ । ৭ । ৮০ ইং

# পাওতাকশিং

চেকশিনগদবাঃ

১। সাইলেসিযা (Silecia) অমসুং সলফর ( Sulphur ) হাযরিবা হিদাক অনিসিদি টি বি. না নাবিবা মীদা (নত্রগা টি বি. নাবদগী যগৎলকপা ওইববসু) কৈদোংগুদসু পীজবাইদবনি।

২। রস টোক্স (Rhus Tox) অমসুং এপিস মেল (Apis Mel) হিদাক অনিসিনা অগগী মথংদা অমা পীজবা যাদে মবমদি মখোয অনিসি যাম্না চাম্নদে।

৩। লোক থুংবা, লায়েংহৌ তৌরিবৈ মহমদা মপংগী শরক অমতা চাবোইদবনি অমসুং নুংশিং নুংশা মবক্তা থোকালোইদবনি।

৪। লাযেংহৌ তৌরিবৈদা নমতুনা পীজবনা করিসু যগংহনবা তৌদে। মরম অতুনা মৈশা লৈবিবমথৈ চাবা হেলহনবনা নৈ।

৫। হিদাকী উপু যাবিরবমথৈ যাম্না ঈংবা চোং চোং লাউবা মফমদা অমদি যাম্না শাবা মফমশিংদা থম্মাইদবনি।

৬। হোমিওপেথিকী লায়েং চথরিবৈদা কা হেন্না মনম কনবা পোৎশিং অমসুং যুনচিংবা শিজিন্নবা থিংগদবনি। চনম তিলহৌ অতেকপা হিঙ অমসুং করপুরসু শিজিন্নবোইদবনি।

হিদাক চাবগী নিযমশিংঃ—

১। খল্লবা হিদাকতুগী গ্লোবুল ৬-৮ মুক খুংনা শোক্কনা মোত্তবা চে মচেৎ অমদা হৈদোক্লগা আউন্স অনিগী অফবা ঈশিংদা হাপ্লগা চাং মান্ননা ১০ রক নিক্কদবনি, গ্লোবুলশিংহু তুম্নবা মতুংদগী পুং ২/৩ কান্ননা চামচ ২/২ গুম্বা পীথকপা যাবে। কবিগুম্বা ঈশিং অফবা অমস্তুং মোত্তবা অফবা লিক্লি ফংদ্রগনা হিদাকতু অহলগীনা গ্লোবুন ৪/৫ অমুক্তা পীজবা য়াই অতুগা অঙাংগী ১/২ ফাওবা পুং ১/৩ কান্ননা পীজগদবনি। সুগর ওফ মিলক্তা শেন্নগা পীজবসু যাই।

২। পোটেন্সি পীকনা (হায়বদি ৩-৬ নত্রগা ১X—৬X) শিজিন্নবা মতমদি মিনিট ১৫—৩০ কান্ননা খবা তোয়না অনাবতু ফগৎলকপ্রি ফাওবা শিজিন্নবা য়াই (অনাবতুগী শাথিবগী মতু ইন্ননী অতুবু ফগৎলকপগী মতু ইন্না অমুক লস্থোক্কদবনি।

৩। তৈবদা শিজিন্নগদবা টিঙ্কচবদি গোজদা নত্রগা অফবা লশিংদা লুপ্লগা ঈশিং খবা যানবা নত্রগা ভেসিলিনগা নত্রগা ওলিভ ওইলগা য়ান্নবগা শিজিন্নবা যাই।

৪। অর্নিকা এক্সট (Arnica Ext) অসি কবিগুম্বা শোক-খিবদগী পোমখৎলকপা মফমদা (ঈদি থোক্কবা) শিজিন্নবদা খ্বাই দগী হৈ অতুবু নাই হানাদু পোম্বা ওইরক্রবদি কেলেন্দুলা এক্সট (Calendula Ext) শিজিন্নগদবনি। অতুগা শিংলি শোকখিবা ওইরবদি হায়পবিকম এক্সট (Hypericum Ext) শিজিন্নগদবনি।

৫। হোমিওগী হিদাক চারবা মতুংদা অনাবহু খরা হৌরবদি

অক্ষবা খুদমনি। মতাং অসিদা হিদাকতু মথং পীজবা লেপ• খিগদবনি।

৬। কবিগুম্বা হিদাক লান্না শিজিন্নগ্রবদি খুদক্কা করপুর (Camphor) খবা পীজবগা হিদাক্কুগী মহু হাংপা য়াই।

৭। কালি ম্যুব ৩X গ্রেন ১গী গুলি অমুক্তদা ২০ মুক পুন্না চাবা, পুংখাই অমমম কান্ননা চাশিনবদা খোঙ হাম্বা শুকয়া য়াবমদবা কোকহনবা ঙমই।

৮। চুরুট বিড়ি শিজিন্নবা মীওইশিংদি চুরুট হেক থকপা মতুংদা হিদাক চাবীবোইদবনি অদুগা হিদাক চাবা হেক মতুংদগু চুরুট বিড়ি থকপীবোইদবনি। যামদ্রবদা পুখাই অমগী মতম খেংনহনবীয়ু।

৯। হোমিওপেথিক্কী হিদাক শিজিন্নবীগ খল্লবদি হান্না অতৈ অংতাপ্পা হিদাক চাবা তোকপীগদবনি। পুন্না চামিন্নবদা কান্নবা অমত্তা ফংলোয।

১০। কান্নবা ফংদ্রে হায়হুনা খুদক খুদক্কা হিদাক হোংহুনা পীজবহু তৌবীরোইদবনি, মতম থরদি ওবর্জব তৌখিগদবনি।

—(0)—

# হিদাক্কা লায়েংবা

## লোক থুংবা অমসুং নপ চোবা
## (Cold and Coryza)

আর্সেনিক অল- বম X ।— (Ars Alb 3x) (নোংমদা দোজ মনিনক চাগদবা) থনাও যাম্না শাবা, নাক্তোন্দগী নপ মহি যাম্না তাবা, মিং মায় শারী শারী লাওবা ফাওবা ।

এলিয়ম সেপা ৬ —(Allium Cepa 6) (নোংমদা দোজ মনিনক চাগদবা) নাক্তোন্দগী অয়াকপা চাথংকনবা মহি তাবা অদুগা মিওগীনা অচম্বা পী তাবা (তিলাংহৌ শোয়ংবদা মিংতা কাবতুগা চপ মান্নবা লায়ও)

ইউফ্রেসিয়া ৬ ।— (Euphrasia 6)।—(নোংমদা দোজ মনিনক চাগদবা) মিত্তুগী অয়াকপা চাথংকনবা পী তাবা অদুগা নাক্তোন্দগীনা অচম্বা নপ মহি তাবা ।

নক্স ভোমিকা ৬ — (Nux Vomica 6) (নোংমদা মরি মঙা, চাগদবা) নপ মহি অয়ুক মুংথিলদা তাবা অদুগা অহিংদদি লেপখিদুনা খব হোনবদা যাম্না নুংঙাইহন্দবা।

এমোন কার্ব ৬ :— (Ammon Carb 6) (নোংমদা মরিয়ক চাগদবা) নপ মহিদি লেপ্পুনা অদুম তাবা অদুগা নাক্তানদি অতুম ফুনবা।

সমবুকস ৩০ :— (নোংমদা মরিরক চাগদবা) অঙাংগী ইবা
Sambucus ৩০) হিদাক্তী। মনাতোন ফুনবনা মরম ওইদুনা থোম ইনবা য়াদবা অঙাং লোক থুংবদা শি জিন্নগনবা হিদাক্তী।

থঙজিনবীগদবাঃ— লোক থুংবসি য়াম্না চম্না খনবীবা চুমদে। মসিদগী না পংবা, কুইনা কোকচিকপগী লায়-ওং অমস্তুং তোয়না থুংলবদি কায়নথংদা টি.বি.গী লায়না লাকপগী থুদোংথিবস্তু নৈতবা নত্তে।

## লোক খুবা অমসুং অঙাংগী য়াম্ব বাম্ব খুবা
## (Cough and Whooping Cough)

বেলাদোনা ৬ :— লোক খুবা মখল অনিমক্তা শিজিন্নবা য়াই।
(Belladona 6) লায়ওংদি টিন নৈ য়াম্বা কংবা, লোক খুবা মতমদা মায় মিৎ ঙাংশং ঙাংশিনবা, মাংলোমদা চিকপা কোকচিক, মুমিদাংরাইদনা অমুক হেন্না চিকপা।

পলসেটিলা ২০০:—মখল অনিমক্তী লোকথু, হিপথবা মতমদা হেক্তা
(Pulsatilla-200) or 2c হেন্না খুগনি চাক তোকপা মতুং অমসুং মুমিদাংরাইদনা হেন্না খুগনি। লোয়ননা ঈশিং খোরাংবা শুকয়াও য়াওরোই।

ফোসফোরস ৩০ — লোক খুবা মখল খুদিংমক্তা শিজিন্নবা য়াই
(Phosphorus 30) অহুবু লায়ওংদি অবুক্তা অমদি মুমিদাংরাই অমসুং অহিং নোংয়াই মমাংদনা হেন্না খুগনি। ঈশিং অইংবা য়াম্না থক্লীংগনি।

কালি কার্ব ৩০ :— নোংঙাল্লমদাইদতা হেন্না খুবা লোকখু খুদিং-
Kali Carb 30) মক্তা শিজিন্নবা য়াই। মিপান মথক প্রেম-
খৎলক্লনী।

মেফাইটিজ ৩X :— অহিং চুপ্পা কন্না খুবা লোকখুদা শিজিন্নগনি।
(Mephitis 3×)

ড্রোসেরা ৩০ :— রান্থ রান্থ খুবা লোকখু, নোংয়াই মতুংদা অমুক
(Drosera 30) হেন্না খুবা মখলত্তুদা শিজিন্নগনি।

(Note,— অমুক্তং চাবনা হাপ্পা অমা চংকনি। হেঞ্জিন্না চাবা ফত্তে অদুগা রান্থ রান্থ খুবা অঙাংগী লোকখু লাইচং ওইনা হৌরক্লবদি (Epidemic Whooping Cough) Drosera 30 Dose অমময় অঙাং চহি ৭ ফাওবগী মনুংদা লৈবমথৈ কান্না শীজহৌবনা লায়না অসিদগী ঙাকথোকপা ঙমই)।

অর্নিকা মোন্ট ৩০ :— হুপিং কফ, (রান্থ রান্থ খুবা) খুবা হৌরমদাইদা
(Arnica Mont 30) কপ্পক্লনী অমসুং লোকখুবা অতুম হৌরগনি।

ইপিকাক ৩০ :— লোক খুবগা লোয়নন্না অয়াম্বা মতমদা ওমিংব
(Ipecac 30) অমসুং ওবা য়াওগনি।

ক্যুপ্রম মেট :— হুপিং কফ, শরু থিংবা অমসুং করিগুম্বদা অমা
(Cuprum met 30) মাংবা কাওবা য়াওনা খুগনি।

কোকস সি ৩০ :— হুপিং কফ, অযুক্তা হেন্না খুগনি অমসুং অঙোর
(Coccus c 30) তিন মরি মরি খুবগা লোয়না তারকনি।

সেনেগা ৩০ — হুমিদাংবাইদতা হেন্না খুবা লোকখুদা শিং
(Senega 30) জিন্নগনি।

ভেরাট্রম অলবম- হুপিং কব, রান্থ রান্থহুনা খুবহু লোয়রকপা
৩০ কান্দা ওগনি অমসুং অইংবা হুমাং কাগনি।
(Veratrum Alb30)

## পুকচংপা (CHOLERA)

(ওবা ফাইবা চেংহি মচু মানবা অমাংবা অমসুং ঈশিং থিংবা)

আর্সেনিক অলব য়াম্না শাথিনা চোকথগনি, য়াম্না পোত্থাফম
৩X :— থওদনা হাইগনি, ভাইহাক লৈতনা, ঈশিং
(Arsenic Alb- কোগনি তৌইওয়সুং থজিক থজিক্কংদা থক্কনী।
3X) ঈশিং অইংবা থক্লবদি হেক্কা ওথোরক্কনি।
মশাদু চাকপা অমসুং শা ওগৎপানা থরো থরো
ওনগনি।

ভেরাত্রম অলবম- লাইবক্কা হুমাং অইংবা কাগনি, অয়াম্বা মতমদা
২০০ :- ওথোকপ্রবা মতুংদা লাইবক্কদা অইংবা হুমাংসি
Veratrum Alb কারক্কনি, ঈশিং য়াম্না কোগনি, মমায় মুশল-
2(0) লক্কনী, রান্থরকপগী মওং উরক্কনি। খোংহাম
জমদাইদা পুক থিনবনা হৌরক্কনি

কার্বোভেজ ২00: রান্থরকপগী থাক য়োরকপ মতম, অনাবহুনা
(CarboVeg :—হুমাই হুম্মুতা হায়বকনা, নুংশিৎ য়াম্না পাম্ন-
200) গনি। খোংমথৈ য়াম্না ঈশিন্নরক্কনী, মিহুন পীকথ
রক্কনী অমসুং খুদাং মিহুন ইকং ফংলরোই,

মশাদু মুশল্লকনী, শিথবকপগী মতাংনী।
অদুবু কাববো ভেজনা কনবা ওমই।

**ক্যুপ্রম মেট ৩০ (Cuprum Met-30)** :—উচিরাই ক্যাবনা মকওইবা অরাবা লাইওং ওইরবদি ক্যুপ্রম মেট ৩০ সি শিজিন্নবীগদবনি। অদুবু করিগুম্বা মতমদা ক্যুপ্রম আর্স (Cuprum Ars) না হেন্না কান্নবগু থে নৈ।

**জাট্রোফা ৬ (Jatropha 6)** :— পুকথিনবকা য়াওনা যান্না য়াম্না পংহামতা হাগা, ওবা অমসুং মগা অপুন্না হুমাংনা পুমচোং চোংকনী।

(Note—করিগুম্বা মথক্সগী অচা অথক পীজরোইদবনি অমসুং ঈশিং পীথক্লোইববনি অদুবু কোমলা মতি গ্লুকোজ খব খরদি পীথকপা যাই। মরনদি ঈশিং য়াম্না কৌবনীনা। লাইওং খেংনবগী মতুং ইন্না হিদাক খেংননা পীবীগদবনি, হিদাক ওন্নবদি কান্নবা অমতা ফংলোই। মসিনি হোমিওগী হিদাক শিজিন্নবগী অকবা অমসুং মাযপাকহনবদা প্রাকতিশনরশিংগী হৈ শিংবা মওন য়াম্না চংলিবসি)

## থীনবা লেংবা
### (Colic)

(পুক থিনবা, লেংবা, ঈশিং মবিদা যেকপা এপেন্ডিসাইটিজ অমসুং থবাক্তা নুং লৈবগী থিনবা)

**কোলোসিন্থ ৩০ (Colocynth 30)** :—য়াম্না শাথিনা থিনবা অনাবদুনা মখোং চিংখংলগা মশাদু কোনশিন্দুনা খাওবা, কোনশিনলগা খজিক্কং খাওবা ওম্না মৈ য়াইরগদি হেনবা লাইওংসিদা কোলোসিন্থ শিজিন্নগনি।

মেগনেসিয়া ফোস ৬X (Mag phos 6 ×) — মৈ য়াইরগা পোথাবা য়াবা মথলগী পুক থিনবা লেংবা পুম্নমক্তা মেগ ফোস ৩ × নত্রগা ৬× মিনিট ১০/১০ কান্নবা ঈশিং অশাবগা চাগদবনি, ফত্রিবা ফাওবা চাবা য়াই।

বেলদোনা ৬ (Belladona 6) .— পুক্তা মহং মত্রং কানা থিনগৎলকপা, থুনা হেক্তা থিনগৎলকপা অতুগা অতুকসু থুনা নেমথখিবা। থিল্লিবা মফমতুদা থজিক্তং ফাওবা শোকপদা নুংশোইতবা। লেংবা খোৎপা অমসুং লাঙবা তারগা হেনগনি।

নক্স ভোম ৬,200 (Nux Vom- 6,200) — পুক থিনবা লোযননা খোঙ তোইনা হোম নিংবা। খোং থজিক্ত হামলবদি ঙাইহাক্তং ওইরবসু পোথাবা য়াবা। ভুমগন্দবা পোৎ চাকবা, যু থক্লুবা, শা চাকবা নত্রগা করিগুম্বা হেঞ্জিন্না চাক থকলুবগী থিনবা ওইরবদি নক্সঃ ভোমঃ না লাইনা ফজনগনি।

বরবরিজ ভল Q:— (Berberies Vul Q) ঈশিং মরিদা য়েকপা থিনবা, পুক্কী য়েং নত্রগা ওইগী নাকন্দা থিনবা লোয়ননা ঈশিং খোং অমসুং কৈফগনলোমদা অনাবগী মরিদু ফাওবা, ঈশিং মচু ওনবা, ঈগুম্মা চৎপসু য়াই।

ব্রাইওনিয়া ৩০ :— (Bryoia 30) পুক থিনবগা লোয়ননা ঈশিং যাম্না কোগনি পুকথিল্লিবা নাকনলোমদা হিপচিল্লগা থরা

নেমই। খজিক্কং হেক লেংবদা অনাবত্থ হেক্কা হেল্লী অমাংবস্থ শুংগংকল্লি।

ভেরাত্রম অলব• 200 — (Veratrum Alb 200 — পুকথিনবগা লোয়ননা মশাত্থ মুশল্লক্কনী, মমায়দা ছমা, অইংবা কারক্কনী, রান্থবক্কবদগী মওং উরক্কনী, মশা অপুম্বা ঈংশিল্লক্কনী অমস্তুং মমায় শংজিল্লক্কনি।

চিন. সলফ ৩০ :— (Chin Sulph-৩০) থবাক্কা নুং লৈবগী থিনবত্থ হিদাকশি কুইনা চাববদি তোইনা হোবা হত্থরক্কনী অমস্তুং মনৈথংদা নুং লৈবত্থ ফহনগনি।

কেন্থাবিস ৩০ ,— (Cantharis 30) ঈশিং চংপদা যাম্না য়েকপা অমদি শাওগনি ঈশিং খজিক খজিক্কং দ্রোপ ওইনা চংকনি মচুদি ওনবস্থ যাই ওন্দবস্থ যাই। ঈশিং যাক্ষম হোবা হায়নবা লাইওংত্থদা হিদাকশি শিজিন্নগনি।

এপিজ মেল ৩০:— (Apia Mel 30) ঈশিং চংপদা হম হম চিকপা, খোই মমুনা থিনবদোনা তোগনি ঈশিং খজিক খজিক্কং চংকনি মচু য়াম্না ওাংশিনগনি, খঙহোদনা থবা হেক্কা চংখিবস্থ য়াওগনি, ইরোইলোইবদা য়াম্না শাগনি ※

# মীৎ নাবা

## ( Conjunctivities & Ophthalmia )

একোনাইট নেপ ৬ নত্রগা 200 :--লুবদগী থোকপা লোয়ননা লাযহৌ যাওবা,
(Aconite Nap- 6 or 200)

অইংবা অমসুং অকংবা মুংশিং মরক্তা চং- পোখাক্ম খওদবা মতমদা শিজিন্নগনি।

ইউফেসিয়া ৬.— মিৎ পি যাম্না তাগনি, পি তাকম চাথংকন্নি
(Euphrasia 6) লোযননা চিকপা, শাবা অমসুং হাক্তজবম্ন যাওগনি।

(খওজিনবীগদবা — Euphrasis Ext গী দ্রোপ ৫ গা গ্লিসরিন নএগা ডিস্তিল ৱাটর দ্রোপ ৩০ গা যান্নবগা নাবিবা মিত্তুদা দ্রোপ ৪/৫ নোংমদা অহুমলক হাপ্পা যামনা কান্নৈ।

অর্জেন্ট নাইট ৩০:—মিৎ চাথংপা, মকম মকম শোগংপা লোয-
(Argent Nite 30) ননা অইংবা মুংশিং যৈহল্লগা খবা নুং ঙাইবা।

পলসেটিলা 200.— বাতুনাই তাবগী লাইনা নাবা মী (Gono-
(Pulsetila 200) rshoea) অমসুং ফোজুম ফোবাম লাইনা নাবা (measles) মীদা নাৱকপা লোয়ননা মিত্তা চাথংপদি থোক্তবা হঙ্গাম মপাল মচুগী

মচুম তাবা, হাক্কজবা, মুমিদাংরাইদা হেন্ন
মুংঙাইতবা অতুবু মুংশিং নুংশা মরক্তা হাযদি
ইমুংদগী মপান্দা নৈবা কান্দা হেন্না নুংঙাইব
লাইৎংদা শিজিন্নগনি।

জিঙ্কম মেট ৩0 :— মিং মমুংদা য়াম্না হাক্কজবা, পি য়াম্না তাবা
(Zincum Net30) উবগী শক্তি হাংলকপা।

এপিজ মেল ২০০.— মিং য়াম্না পোমখৎপা, মিপান্দু (মকওইন
(Apis Mel 200) মিংখাগী) খাউগুম্না পোম্বা হম হম চিকপ
অমসু, অশাবা পী তাবা।

কালি কার্ব ৩০ :— মিং নাবসিগা লোয়ননা মথক থংবা মিংপান্দু
(Kali carb 30) খাউ শানা পোমখৎপা খিদুনা থিন্দুনা চিকপা
অমসু, অয়ুক্তা হেন্না নুংঙাইতবা।

বেলাদোনা ৩০ :— মিং ঙাশং ঙাংনা পোমখৎপা, মিং চিকপা
(Belladona 30) লাইহৌ যাওবা নুংশা মঙান অমসুং মৈঙা
উবা য়াদবা।

রস টোক্স ২০০ .— নো, চিং চুগনবা মতমদা তৌবা, অহিংদ
(Rhus Tox 200) হেন্না নুংঙাইতবা, মিং পাংথোক্কে হেক তৌ-
বদা য়াম্না শাবা পী হেক্তা তারকপা।

# খোং হাম্না
## (Diarrhoea)

চাইনা ৩০ :— পুক যেকপা থিনবা যাওদনা য়াম্না য়াম্না হাম্ব
(China 30 চাখিবা পোং ফাওবা মপং ওইনা তুমদনা

মাওরকপা, মুংশিংদু য়াম্না ক্লম্বা লোয়ননা
হকচাং য়াম্না চোকথরকপা।

এসিদ ফোস ৩০:— য়েকপা থিনবা অমতা য়াওদনা হায়বা খোঙ-
(Acid phos 30) হাম অতুগা হামলবা মতুংদা চোকথনা কাওদবা।
অয়াম্বা মতমদা মুংশিংকী লোয়ননা থডহো-
দনা হাগনি।

এলোজ ৩০ :— পুক ইথন থনগৎকনি, লুমগনি, পুক মুংশিং
(Aloes 30) য়াম্না কাগনি, চনিং য়াম্না মুংঙাইরোই।
মুংশিং থায়গে তৌবদা অমাংবা কেক্তা য়াও-
রকনী। মাংপ্রবা মতুংদা অমাংথোং শারি শারি
লাওদুনা লৈগনি।

কোলোসিন্থ ৩০ — খোং হামলমদাই খুদিংগী পুক য়েকপা থিনবা
(Colocynth 30) য়াওগনি। অঙাং ওইরবদি খোং হাম্নমদাইদা
হেক্তা কপকনি অতুগা হামদোকপ্রবা মতুং-
দদি ফগনি।

পোদোফাইলম ৩০:— মনম য়াম্না নমথিবা য়ামনা হামগনি, মাংবা
(Podophyllum 30) মতমদা জব জব হামথরকনী পুক থিনবা
লেংবা থোইনা য়াওরোই। ওবস্থ য়াওবা য়াই।

নক্স ভোম ২০০ :— অশিনবা কাবা নিংথম চনবা, হাম্লিংঙগা মপুং
(NuxVom 200) ফানদি হামদোকপা য়াদবা হামদোক্লগা ভাই-
হাক্তংদি মুংঙাইবা। অতুবু অমুকসু হাৎ
নিংবগী মওং অদুম লৈবা। মক মরাং য়াম্বা

খাও হৈ য়াম্বা য়েঙাং চাক্‌বা অমসুং হেক্কিম্না চাকবদগী হাম্বা নত্রগা য়ু থক্লুরবা মতুংদা হাম্বা খোংহামদা শিজিন্নগনি।

ভেরাত্রম অলব-২০০:— (Veratrum Alb-200) খোংহামদ্রিবৈদা পুক সুংঙাইতবনা হান্না হৌরকনী অমসুং লাইবক্তা হুমাং অহিংবা কারকনী। ওবা কাইবা ঈশিং য়াম্না কৌবা মমায় মুশিল্লকপা অমসুং ঈংশিল্লকপা থেংনগনি।

পলসেটিল্লা ২০০:— (Pulsetilla 200) খোংহাম খুদিংগী অমাংবগী মওংহু মান্নরোই, চাবা তুমদবগী মওং অমসুং ঈশিং খোরাংবা ফাঙদবা অথুম্বা চারুবদগী হাম্বা; সুংশিং সুংশা করক্তা লৈরগনা হাম্বা থরা লহোক্কনী।

ইপিকাক ৩০ :— (Ipecac 30) খোং হাম্বগা লোয়নমা য়াম্না ওনিংবা ১সুং ওবসিনা মকওইবা সুংঙাইতবা লাইওং ওই-গনি। ঈশিংসু পংকৌ কৌরোই, পুকতা মত্রং মত্রং কাগনি অমসুং অমাংবহু অশংবা হামগনি।

জেলসেমিয়ম ৩০:— (Gelsemium 30) অশাওবদগী নত্রগা কিবা খঙবদগী নত্রগা পাখংপদগী হাম্বা খোংহামদা শিজিন্নগনি।

কেমোমিলা ২০০ — (Chamomilla-200) অঙাং ময়া হৌরকপা মতমদা হাম্বা খোংহাম, অমাংবহু নাপু মচু নত্রগা শংবান্নবা, মনম নমথিবা; অঙাংহু মশা ঈসুং সুংঙাইতবগী মওং শুইগনি অমসুং পোইনিংহুনতা লৈগনি।

★ থঙজিনবীগদবা :—

১। অশংবা মনামশিং চাবা থিংবীগদবনি।

২। শঙোম অফবা, কোমলা মহি, শঙোম শানা চাবা কায়গনি।

৩। খিংবা ঙমদনা ঈশিং কৌবা মতমদা কোমলা মহি নত্রগা গ্লুকোজ ৱাটর থুম থবা হাপ্লগা পীথকপা য়াই।

৪। পুক্তা ঈশিং অশাবগী বেগ কোলহনবীগদবনি।

৫। অশিনবা কাবা পোং, য়েরুম, শা-ঙা অমমুং মুংশিং কাগনবা পোং অমতা পীজরোইদবনি ❋

# ঈতোন ফাইবা

## (Dysentry)

মার্ক সোল ৩০ :— খোঙ থজিক খজিক হাম্বা, নপক্রোং য়ামনা
(Merc Sol 30) য়াওবা লোযননা চনিং যাম্না য়েক্কনী ঈশিংসু য়াম্না থোরাংগনি. ঈদি থোইনা য়াওদবা মতমদা শিজিন্নগনি।

মার্ক কোর ৩০ :— মার্ক সোলগী লাইওংগা অয়াম্বা মায়গনি
Merc Cor 30) তৌইগুম্বসুং মার্ক কোর শিজিন্নগদবা লাইওংদি ঈ য়াম্না য়াওগনি, অমাংবতুগী অয়াম্বা শরুক্তি ঈ ওইনা তৌরগনি।

নক্স ভোম ২০০ :— ঈতোন ফাইবগী পুক অমদি চনিং য়াম্না য়েক

(Nux Vom200) পন্থ খোং খজিকং হামদোকথ্রবা মতুংদ। ফগনি পুক মুংশিং য়াম্না কাগনগনি।

বেলাদোনা ৬ :— পুক থিনবা লেংবত্থ খুদক্তা হেক্তা হৌরকনী
(Belladona 6) অত্থগা খঙহৌদনা অমুকস্থ ফথিগনি, খোং কামলিডৈঙদা মশাত্থ নিকনী।

ডলকেমেরা ২০০:—খোং খুং চোং চোং তৌবা অমসুং নোংজু
(Dulcamera-200) পন্থাগুম্বদা তৌনবা মখলগী dysentry দা শিজিন্নগনি।

রস টোক্স ২০০ — য়াম্না পোত্থাফম খঙদবা ঈশিংদা চোংলুবদগী
(Rhus Tox200) হৌরকপা মখলগী dysentry লোয়ননা হক চাং পুম্বা থিম্মোকপা, খ্বাংদনা অমুক হেন্না নাবা অত্থগা লাইওং পুম্বমক অহিংদা অমুক ফেনগনি।

কোলোসিন্থ ৩০:— খোং কায়রমদাইদা শাথিনা পুক য়েকনী ১সুং
(Colocynth 30) মত্থ হকচাংশি কোনশিল্লগা খজিকং খাঙবা য়াগনি। অনাবত্থ পুক হেক য়েকপগা কোন-শিন্দুনা খাঙবা থেংনগনি।

★ খঙজিনবীগদবা।— ঈতোন ফাইবিডৈঙদা শঙ্গোম, য়েকম, শাংভা অত্তেকপা অমসুং অথুম্বা পোং পীজরোইদবনি ❖

# নাপী অনাবশিং

## (Ear Affections)

বেলাদোনা ৬ .— যাম্না শাথিনা নাকোং চিকপা অমস্তুং পোম-
(Belladona 6) বস্তু ৰাওরকপা। লোয়ননা মায় য়াম্না লুম্বা, পুম্নমক অসি নোং 'খোংবা অমস্তুং লাঙবা তারগা অমুকস্তু হেন্না ন্নংঙাইরোই।

মার্ক সোল ৩০ :— নাকোং পোমখৎপা অমস্তুং চিকপা লোয়ননা
(Merc Sol 30) মনম নমথিবা অনংবা মহি ঙারকপা, মুমি- দাংদনা হেন্না মুংঙাইগন্নে। অযাম্বা মতমদা য়েৎথংবা নাকোংদা ঙৌরকপদা হেন্না চান্নগল্লি।

প্লানটেগো এম ২০০ :— (Plantago M· 200) অয়াম্বা মতমদা নাকোং মস্তুংগী শিংলিদা চিকপা ওইনা ঙৌগল্লি অতুগা নাকো‸ ১দগী অমরোমদা লানশিনগল্লি। প্লানটেগো এক্সট: ড্রোপ অনি অনি নাকো॰ চিকপদা হাপ্লবদি য়াম্না কান্নৈ।

পলসেটিলা ২০০ :—মুমিদাংবাই অমস্তুং অহিংদা নাকোং চিকপদা
(Pulsetilla 200) শিজিন্নগনি।

কেমোমিল্লা ২০০ :—তুমিন্না পোত্থাতুনা লৈরিবৈঙদস্তু নাকো‍ং য়াম্না
(Chamomilla-200) চিকপা অতুগা ৰারী শারগনা অমুক হেন্না চিকপা, য়াম্না শাওগনবা মীওইদা শিজিন্নগনি।

**সলফর ৩০ :— (Sulphur 30)** নাকোংদগী অনংবা মহি তারক্কনী লোয়ননা নাবা, অমসুং হাক্তবা য়াওগনি। অতৈ হিদাক পীজবদা কায়রত্রবা মতমদা সলফরনা কায়হনগনি।

( নাকোং লাইথুনগীদমক্তদি চানবা হিদাক অমা পীজবগা লোয়ননা মুলন ওইল ( Mullein oil ) ড্রোপ ২/২ নোংমদা ২/৩ লক নাকোং মনুংদা হাপ্পীযু )

# থবোম্বী পোয়খৎপা

## (Pneumonia)

(থবাক নাবা, লোক থুবা, লাইহৌ কন্না হোবা অমসুং শ্বব থবেৎ থবেৎ হোনবা)

**একোনাইট ৬ :— (Aconite 6)** অকংবা অইংবা নুংশিৎ থেংনকবদগী থোকপা লাইহৌ কন্না হৌগনি, য়াম্না লাংতয়গনি। কংনা খুনা লোকখু লোযননা থবাক নাবা, মিতন চাওবা, অনাবতুনা শিবগনি হায়না থৈজ্ঞে। হেক হৌবকপদা একোনাইট পীজগদবনি।

**বেলাদোনা ৬ :— (Belladona 6)** লাইহৌ যাম্মা কন্না হৌগনি, মগায় মমিৎ ডাংশং ডাংগনি, থবাক য়াম্না শাই চিনগনি, মাংলোমদা কোক কন্না চিক্কনী, ঈশৈ, মৈডান

পাম্নাই, শোকপা ষুংঙাইরোই অমস্থুং মচিন মবৈ কংগনি অদুবু ঈশিংদি কৌরোই।

ব্রাইওনিয়া ৩০ :— (Bryonia 30) অনাবদু তুমিন্না লৈগনি, ঈশিং য়াম্না কৌগনি, চিন লৈ যাম্না কংগনি, নাবিবা নাকনলোমদা হিপচিল্লগা থরা ষুংঙাইগনি। থজিক্তুং লেং-বদা নাবা হেনগনি অমস্থুং লোক খুবদুদি অহিংদনা থরা হেনগনি, খোং হাম্বস্থু শুংগৎকল্লি।

ফোসফোরস ৩০ — (Phosphorus-30) লাইহৌ খবা নেমথরক্লবা অনিশুবা তাংকক্লা শিজিন্নগনি। লোক লাইনা কোঙ্গোলগুমনা থোক্কনী অদুবু থবাক্তি ব্রাই চিনগনি, ষুমিদাং ব্রাইদগী নোংয়াই যৌদ্রিংদৈ মতম অমস্থুং অয়ুক্তা হেন্না ষুংঙাইরোই।

কালি কার্ব ৩০:— (Kali carb 30) লোক খুবা নোংঙাল্লমদাইদা হেন্না খুগনি অদুগা থবাক নাবদু যেতুম্না লেংবগুম্না তৌগনি।

এন্টিম টার্ট ৩০ (Antim Tart-30) থবাক্তা য়াম্না থেবগী মখোল তাগনি অদুবু লোক্তি লায়না থোক্তে, ইনম নমগনি অমস্থুং লাইবক্তা হুমাং হেক হেক কারক্কনী।

ইপিকাক ৩০ ·— (Ipecac 30) শ্বর হোনবদা গে গা মখোল যাম্না থোক্কনী শ্বর হোনবস্থু বাগনি। লোক যাম্না কন্না কন্না থ নি. স্বর হেক তৎপা ফাওবা খুগল্লি লোম্ন ননা মমায মমিৎ মুশিল্লকনী, ওনিংবা অমস্থুং ওবা য়াওগনি।

বেকসিলিনম ২০০:—লোকথু অসিনা (Pneumonia) টী বি (Bacillinum 200) ওন্থরকপগী মওং মাল্লরুবা নত্রগা থবাক থেরিবত্থু এন্টিম টার্ত পীজবদা ফবা ওমত্রবদি Bacillinum 200 দোজ অমতংদি পীজহোগ দবনি। মসিনা খুদোংথিবা পুম্নমক ফাবা ওমগনি ❋

# কীগনবা

## (Neurosis)

(হোমিওপেথিনা লাইনা অসি ফজনা ফহনবা ওমই। চুম্না থল্লবা হিদাক্তুনা কিগনবা অমসুং পাখৎকনবা মাংহনখিবতা নত্তনা মশাদু নুংঙাইহল্লি। হিদাকতুগী পোতেন্সি ২০০ গী দোজ অমা নত্রগা ৩০ গী দোজ অনিথক্কুং পীজবদা ফজনা কান্নবগী খুদম ফংগনি)

একোনাইট ২০০:—ইথং থংহোদনা কিখৎলকপা, নিংবা কায়বগী (Aconite 200) মওং, খাঙবা ওমগন্দবা, হাযরুবদা নেমথহনবা ওমগন্দবা অমসুং মহাক শোয়দনা শিরগনি হায়না চিংনজগনি করিগুম্বা মতমদা মশাগী শিগদবা মুমিৎ ফাওবা হায়বক্কনী।

আর্জেন্টম নাইট৩০:- অরাবা অমসুং অকিবনা পীক থম্না লৈবা (Argentum-Nit 30) রাথন।

আর্সেনিক অলব- ৩০ :— (Arsenic Alb-30) মতোমতা লৈবদা পংকিদা কিগনি, য়াম্না পোস্থাকম খঙলোই। মশাহু য়াম্না চোক-থগনি অমসুং শিবগনি হায়না য়াম্না কিগনি।

জেলসেমিয়ম ৩০:— (Gelsemium30) কিবা অমসুং পাখৎপনা মশাসি পংথরকনী। (ইন্তরভিউ অমসুং পরিক্ষা তৌরমদাইদা য়াম্না পাখৎকনবা অমসুং কিগনবা)

ওপিয়ম ৩০ :— (Opium 30) য়াবগনি খন্দুনা 'স্থম কিবা, নুমিং চুপ্পা তুম-শিন্দুনা লৈনিংগনি অমসুং কবিমত্তা হায়গন্দে হংলুবগস্থ খুমগন্দে।

স্ত্রোমোনিউম ৬ ০:— (Stramonium6) অমম্বদা কিবা মত্রগা অরংবা পোৎ ১ উবদা কিবা ※

# অঙাং উনবা

## (Labor/Delivery/Child Birth)

সিমিসিফ্যুগা-৩০ :— (Cimicifuga 30) পুক য়েকপা মতমদা নাকনলোমদা য়েক্কনী ১স্থং নাকন অমদগী অমরোমদা কোযচেন চেনগনি। করিগুম্বা মতমদা অম্বুক্কী মতিক শাথিনা য়েকনী মহুদি অনাবহু জ্ঞানমাঙবা ফাওবা য়াই। অহান-বা হৌরকপদা মশাহু নীকনী ১স্থং মহু লাংবা অমদি নিল খোংবা তারগা অমুকস্থ হেনগনি।

কৌলোফাইলম ৬॰—অমুক য়েকপা অমুক হন্দোকপা অহুগা পুক্তা
(Caulophy-llum 6) মত্রং মত্রং কাগনি অমস্তুং কনশিনগনি। হিদাক অসি পীজরবদি মপুং ফানা পুক য়েক-হনগনি ১স্তুং লাইনা অঙা৲ উনহনবা ঙমই।

পলসেটিলা ২॰:—য়েকপা হৌরগা ইতান তানশিন্দবা মওংদু
(Pulsatilla 200) হিদাকশিনা চুমথোকপা ঙমগনি। পুক য়েকপা হৌরকপদগী শ্বর ফুনবগুম্না তৌরকই অমস্তুং মুংশিং য়াম্না পামগনি লোয়ননা পাখৎকনি অমস্তুং কপকনগনি।

জেলসেমিয়ম ৩০:—পুক য়েকপসি খ্বাংলোমদগী হৌবকনি অহুগা
(Gelsemium 30) অঙাং খাউরোমদা শম্মারকপগুম তৌগনি অমুস্তুং খ্বা৲লোমদা চংখিগনি।

সিকেলি কোর ৩॰ য়েকপসি য়াম্না চাং নাইদে, খজিক্তমক য়েকনি,
(Secale Cor30) অহুগা লেপথোকখিনি। হকচা৲ থোংনচি৲বা পুন্নমক ইকোম কোম্বগুম তৌগনি অহুবু নাও-য়েক্তি ইপি পিবক্তবনা অরাবা ওইগনি।

থঙজিনবীগদবা:— ১। Belladona, Chamomilla, Nux Vomicaস্তু মথোয়গী চান্নবা লাইওংদু ফং-লবদি মতাং অসিদা শিজিন্নবীগদবনি।
২। অঙাং উনরবা মতুংদা লেংবা থিনবা তৌরবদি মখাগী হিদাকশিংশি শিজিন্নবীগদনি
(ক) Mag phos 6× tablet মরি মরি

পুন্না ঈশিং লুস্ব, লুস্ব, শাবগা পীজবীগদবনি।
মসিনা খুদক্তা মুংঙাইহনবা ঙমগনি।
**Arnica M 30** সি থরা ৱানা অঙাং উন্নবা
অমসুং কন্না চিংনবদগী চোকথবা অমদি মচু-
দগী ওইরকপা লাইথৈ ঙাকথোকপা ঙমই।
(গ) নাওফম চিংনরবদি **Pulsatilla, Se-pia** অমসুং **Cantharis** অহুমসিগী মরক্তগী
চানবা খল্লগা পীজবীগদবনি ※

# লাইয়ৈ—চৎপা

## (Miscarriage or Abortion)

সবাইনা ৩০ (Sabina 30) — থা অহুম শুবকপদা লাইয়ৈ চৎপা লোয়ননা ফজবা অঙাংবা ঈ মচেৎ মচেৎ য়াওনা চৎলক্কনী। করিগুম্বদা মুয়্রৈনবা মহিস্থ চৎলক্কনী অতুগা নিংগোংদগী থিনবা, নাবা হৌরক্লগা চনিংলোমদা শন্দোবকনী।

সকেলি কোর ৩০ (Secale Cor) —মিবোনবা কুইদ্রিবৈঙদা নত্রগা থা য়ামলকপা মতমদা লাইয়ৈ চৎকনবা, অমুবা মচুগী ঈ খজিক খজিক অসুম চৎকনী মনম নমথিগনি, মশাসি ফুং ফুং শাগৎকনি, জিং জিং লাওবা ফাওগনি অমসুং মশাসী পায়বদা উনমুক ঈংই

অতুবু কৈফুপ্তি শুকপাম পামদে । খোং খুত্তা ককচেং চংপদৌনা মগ্নেং মরেং চংকনি ।

ভিবর্নম ওপ ৩০ঃ—থা য়ামগ্রিউডদা চংকনি, চংলমদাইদা পুব শাথিনা য়েক্কনী অতুগা মতু খ্বাংদগী চনিং-লোমদা অমসুং ফৈগনলোমদা চংথরক্কনী ।
(Viburnum op ৩০)

সেপিয়া ৩০ :— থা ৭ শুরকপা লাইয়ৈ চংকে তৌরকপদা শিজিন্নগদবনি । অতুগা লাইয়ৈশি তোইনা চংকদবগী মওং লৈবঘদি সেপিয়া শিজিন্নবনা থিংবা ঙমগনি ।
(Sepia 30)

বেলাদোনা ৬ °— লাইয়ৈ চংলমদাইদা লাকপা ঈতু ঙাংশং ঙাংব ফু, ফুং শাবা অমসুং ঈ মতুম মচা মচা য়াওব লে য়ননা অমাবীতুগী মমাযতু ঙাংশিনগনি খোরীগী মিহুন থং থং চোংবা উগনি ※
(Belladona 6)

# তাং চীকপা অমসুং শক্ক পোমখৎপগী অনাবা

## (Rhumatism and Arthritis)

ব্রাইওনিয়া ৩০ঃ— খজিত্তং লেংবদা হেন্না নাবা, তুমিন্না লৈরগ ফবা নিংথম চনগনি অত্তুগা অনাবা মক্ষম কন্না নশ্নীরবদি নু,ঙাই । চিক্লিবা তাংহু মমৈ থংদা পোমখৎলকনী অমসুং চিকপা নাবা পোম্বা পূম্নমক হমাং খন্না শৌরক্লবদি ফরকনি ।
(Bryonia 30)

লেডম পাল ২০০:—অনাবস্থ মথারোমদগী মথকলোমদা চংখংলক-
(Ledum Pal200) কনী অত্থগা হিপ্পিবা মকমত্থ শাগংলকপগা অমুক হেন্না নাগনি। লাইহোগা লোয়ননা মশাত্থ য়াম্না ঈংগনি। অনাবা মকমত্থ য়ান্না ঈংবা পোং থোন্নগা মুংঙাইগনি।

রস টোক্স ২ • — চোং চোং লাওবা মকমদা লৈবা নত্রগা চোং
(Rhus tox 200) লুবদগী হোরকখিবা লাইওং, য়ান্না পোথাকম খওদবা লোয়ননা ঙাইহাক লৈতনা লেং খোং লগা থজিক্কং পোথাবা য়াগনি। অহিং নোং-য়াইরাইদা অমুক হেন্না অনাবত্থ হৌগল্লি।

খওজিনবীগদবা:—Rhus Tox Ext অচিকপা মকমত্থদা তৈবীবা য়ান্না কান্নগনি। Rhus Toxকী লাইওং ফং-বীবা মতমদা শিজিন্নবীগদবনি।

পলসেটিলা ২০০ —তাং মচাশিংদনা থরা হেন্না চিকনী অত্থগা মকম
(Pulsetilla 200) য়ান্না তোইনা হোংগল্লি। অশাবা কা মমুং অহিং অমস্তুং তুমিন্না লৈরগা চিকপা নাবা হেনগনি অত্থগা অইংবা থোম্বা নত্রগা মুংশিং মরক্তা লৈরগা ফগনি। অনাবশি ঈশিং খোরাংবা শুকক্সাও ফাওরোই।

মার্ক সোল ৩০ :— মনম নমখিবা হুমাং শোগনি অত্থবু হুমাং
(Merc Sol 30) শৌরবস্থ চিকপা নাবদি থজিক্কং কাওবা নেমথরোই। অহিং অহিংদা হেন্না নাগনি,

ঈশিংস্থ য়াম্না কৌগনি। ধাতু নাই তাবা অমস্থুং সাইফিলিসকী লাইনা নাখিবা মীওইশিংদা লাইওংশিং অসি তৌগনি।

এপিজ মেল ২০০ —নারিবা তাংশিংচু ঈশিং হান্দুনা পোম্বগী (Apis Mel 200) মওংদা পোমখৎলক্কনী অমস্থুং মচু মৈশা ফং-লগা নত্রগা মৈনাক্তা ফমলুরগনা অমুক্তা হেন্না পোমখৎকনি। চিকপা অমস্থুং নাবগী মওংদি য়াম্না থুনা খোই মমুনা শিনবদৌনা তৌগনি অচুব অঙৈংবা থোমশগা খরা মুংঙাইগনি।

খঙজিনবীগবরাঃ— Rhus Tox পীজগদবা মমাং ১স্থুং পীজখ্রবা হেক মতুংদা Apis Mel পীজবোইদবনি। মরমদি হিদাক অনিসি য়ান্নদে।

কলকেরিয়া ফ্লোর নারিবা তাংশিং অচু য়াম্না লিংগনি অমস্থ ৬X :— পোমখৎকনি। অনাবচু নীংথম চনগনগনি।

(Calcarea Flour-Rhus Tox পীজখ্রবা মতুংদা Calcarea 6×) Flour পীজবদি যাম্না কান্নগনি।

## য়া চিকপা

## (Toothace)

কোফিয়া ২০০ :— ঈশিং অইংবা খরা উম্লিবমখৈ ফবা অচুগা (Coffea 200) ঈশিংচু হেক শাগৎলকপদা চিকপচু অমুব হৌরকনী।

প্লান্টেগো ২০০ :— য়া চিকপগা লোয়ননা নাকোংস্থ চিক্লকনী
(Plantago 200) অত্থগা করিগুম্বা পোৎ চাথক্লিংউদদি খরা ফগনি।
Plantago Ext স্থ অচিকপা মকমত্থদা লশিং খরদা লুপ্লগা থোমজিনবা য়াম্না কান্নগনি।

মার্ক সোল ৩০ :— চি চিকপা অসিগা লোয়নন্না য়ারিস্থ পোম
(Merc Sol 30) খৎকনি তিন য়াম্না থোকনী অমস্থং অহিংদনা অমুক হেন্না চিক্লনী।

পলসেটিলা ২০০ :—যানুংদা ঈশিং উমলিমথৈ চিকপা ফগনি।
(Pulsatilla 2 0) মৈনাক্তা লৈবা নত্রগা শাগৎলগনা হেন্না চিক্লনী।

মেগ্‌নেসিয়া কার্ব- মীরোনবী নুপীশিংগী যা চিকপা অমস্থং মক্ল
২০০ :— অহিংদা অমদি চৎলগা হেন্না চিক্লনী।
(MagnesiaCarb 200

কেমোমিল্লা ২০০ :—করিগুম্বা অশাবা পোৎ চাবগা হেন্না চিক্লনী।
(Chamomilla-200) কোইচৎ চৎলগা অচিকপত্থ খাঙনবা হোং-নগনি ১স্থং রারি শাকবগা হেক্তা শাওগৎলকনি।

একোনাইট Q :— য়া তিন চাথোকপ্রবা, অহোবা লৈবা য়াত্থ
(Aconite Q) চিকপা ওইববদি Aconite Tincture অসি লশিংদা খরা লুপ্লগা অহোবা য়াতুদা থোমজিনবীয়ু ✿✿

# য়াম্বা

## (Sudden Collapse or Heart Failure)

ডিজিটেলিজ ২০০:—মিহুন যাম্না পীথরক্নী। অনাবহুনা মহাক
(Digitalis 200) শিরগনি হায়না খল্লক্নী অমসুং হুমাং শো-
গংলক্নী। খজিক্তং লেংবদা মিহুন হেক্তা
হোগনি অমসুং খংখু থুজিললক্নী।

কার্বো ভেজ ২০০—মিহুন য়াম্না পীকশিনখিনি, থুদাং মিহুন ফাও
(Carbo Veg200) বোত ফাওদবোই ত্তৌগনি, খোং খুৎ লোয়না
ঈংশিনলক্নী। অহুবু অনাবহু অঙ্গংবা য়াম্না
পামগনি, হুমাই হুন্থীযুতা শায়গনি।

ভেরাত্রম অলব ২০০ :— ইখও খওহৌদনা ওবা হোরকপা অমসুং অনা
(Verat Alb200) বহুগী লাইবক্তা অঙ্গংবা হুমা, কারকপা লোয়
নবা য়াম্না শাথিনা চোকথবা ফাওরক্নী, য়াম্না
ঈংবা ঈশিং থক্লিংগনি অমসুং মমায় অহু
চোকথরকপগী মওং মাল্লক্নী।

আর্সেনিক অলব- ৩০ :— মশাসি য়াম্বা পোথাফম খওলোই, স্বর হোন-
(Arsenic Alb30) বদা য়াম্না নুংঙাইতনা উগনি। মশা য়ামনা
চোকথগনি, ঈশিং য়াম্না তোইনা কৌগনি।
ঈশিং অশাবা অমসুং কৈজুপ পামগনি।

কেকতস জি Q:— থবাকী অকোয়বদা অমসুং হার্টকী মপাদা না
(Cactus G Q) বগা লোয়ননা চপশিল্লকপা ফাওরকক্নী।

মমায়ত্থু ঈ থাংদবগী মওং উরকনী, শ্বর ফুন-
জিল্লকনী, মশা শোত্থরকনী, পংশিল্লকনী ১ন্থুং
ওইথংবা প ন্থোমদা নাবা ফাওরকনী। মতাং
অসিদা Cactus G. Q ড্রোপ ৫/৭ পুন্না
ঈশিংগা লোয়ননা মিনিট ১০/১৫ কান্নানা পী
থকপীগদবনি।

থওজিনবীগদবাঃ— থওহৌদনা য়াম্থখিবা, জ্ঞান মাওবা অমস্থুং
মথককি লাইওংশিং অসি ফংদবা কেশশিংদা
Camphor Pill মিনিট ৫/৫ কান্নানা জ্ঞান
তারকক্তিবা ফাওবা পীজবীগদবনি। পীজবগী
খুদোং চাদবা ওইরগনা Camphor Spirit
লশিং থবদা হৈজিল্লগা য়াম্না তোইনা মনম
নমহনবীগদবনি।

# লাইহৌ
(Fever)

লাইহৌ হায়বসি হকচাংগী দরকার ওইবা মৈশাগী চাং-
দগী হেনগৎলকপা অমস্থুং করিগুম্বা মরম থবদগী হকচাংগী ঙাক-
থাকচনবগী শক্তিস্থু শোজবা, হকচাং অমস্থুং অতমাদা লান্দারকপা
মথক্ল অমনি। লাইহৌশি মথন কয়ামরুম লৈ অমস্থুং কুপনা

নৈকবী খুদোং অবহু লাইমিক মচাশিনা নৈতবনা মক্ক ওইনা লাইওংশিংগা চানবা থিদাকী ইন্নিকেশননশিংদমক নৈনজরে।

১। অকংবা অমস্তুং অঙৈংবা মুংশিং থেংনকবদগী খংহৌদনা হৌ-রকপা লাইহৌ ওইরবদি Aconitc Nap 3× পুং ২/২ শুম্বা কান্নবা পীজবীগদবনি। অতুগা ঈশিংদা নৈরুবদগী হৌরকপা লাইহৌ ওইরগনা Du'camera 30 পীজবীগদবনি

২। মমিং কমন্নি শুনা লেশুনা লাইহৌ হৌরক্রবদি Baptisia Q নোংময়দা মরিরক পীজবীগদনি। মসিনা মুংশিং অশাবা হায়বদি Typhoid ওইরকপবদগী থিংবা ঙমগনি।

৩। লোক খুবগা লোয়নবা লাইহৌ ওইরবদি Ferrun phos অমস্তুং Kali Mur 3× নত্রগা 6× তা পুং ১/২ কাম কান্নবা ওম তৈনা ওম-তৈনা পীজবা কাম্নগনি।

৪। লাইহৌ হৌরকপগী অহানবা ষ্টেজদা অনাবত্তুগী মমায় মমিং ঙাংশং ঙাংশিনবা মশা য়ান্না শাবা মকোক লুম্বা অমস্তুং চিকপা, অঙানবা উবদা মুংঙাইতবা, ইঙাও ঙাওবা অমস্তুং চোইরান লোনবা য়াওরবদি Belladona 30 পুং ২/২ কান্নবা পীজবীবু লোয়নবা অনাবত্তুগী মমায় অমস্তুং মকোক্তু ঈশিং অঙৈংবনা চামথোকতুনা ঈংহনবীগদবনি।

৫। লাইহৌসিগা লোয়ননা ঈশিং য়ান্না কোগনি অতুবু কুইনা নৈরগা য়ান্না য়ান্না থক্তিংগনি, মচিন মবৈ কংগনি, অমাঙবা মুংগৎকনি। অনাবত্তু তুমিন্না নৈগনগনি খজিক্তং লেং খোৎপা অমস্তুং নিল খোংবা তাবগা মুংঙাইতবা হেনগনি।

লোক থুবস্থ ষাওরকপা য়াই। লোক থুরবদি থবাক নাবা য়ানবগী মখোনগুম তৌগনি অমস্তুং থরা য়ানা খোক্নী। লৈপাল অচৌবা কাগনি। মতমসিদা Bryonia 6 নত্রগা 30 নোংমদা অমিরক পীজবীবা য়াই।

৬। নোং চোংলুবা, থবক য়ানা শুরুবা নত্রগা অতোপ্পা মরম কয়াদগী ওইরবস্থ লাইহৌ কৌবগা লোয়ননা শয়েং পাম্বোম খ্বাং পুম্নমক ইতেক তেকপদৌনা নাগনি, য়াম্না তোইনা য়াওন্নিংগনি, ডাইহাক্তা তুমিন্না লৈবা ঙম্লোই, ঈশিংস্থ কৌ-গনি অমস্তুং অহিং (নোংয়াই মতমদনা অমুক হেন্না মুংঙাই-রোই) মরৈ লৈতোন অহু ঙাংশং ঙাংগনি। মসি Rhus Tox কী লাইওংনি। মরম অহুনা Rhus Tox 30 নোং-মদা ৩/৪ রক পীজবীবা য়াই।

৭। মুমিৎ থরা চোম্থরকলরা লাইকৌ লোয়ননা মশাক্ত য়ামনা চোকথবা, পোথাফম, লাঙতক্লবা, শিন্নগনি হায়না মশানা কিজবা, ঈশিং য়াম্না তোইনা কৌবা অদুবু থজিক থজিক-তমক থকপা অমস্তুং নোংয়াই মতুংদা হেন্না মুংঙাইতবগী লাই ওংশি, অসি ওইরবদি Arsenic Alb 30 নোংমদা ৩/৪ রক পীজবীযু।

৮। লাইহৌগা লোয়ননা য়াম্না তোইনা ওনিংবা অমস্তুং ওবা য়াওরবদি Ipecac 30 না ফহনবা ঙমগনি।

৯। হেক্সিন্না চাকুবদগী অমস্তুং মক মরাং য়াম্বা থাও য়াম্বা চাক য়েঙ্গাং চাকবা মতুংদগী হৌরকপা লাইহৌ ওংববা অদুগ/

লোয়নন্না খোং তোইনা হায়নবীংবা অহুৰু মপুংদি ফাগন্দৰা চিন থাবা অমস্তুং নিংথস্বা ওইরবদি Nux Vomica 30 না ফহনবা ওমগনি।

১০। ৰা পঙাংতা চাংবা, চোইরোলস্তু লোনবা, মী থাদোকপা য়াদবা অমস্তুং ঈংনা হৌবা লাইহৌ লোয়নন্না কনাগুম্বা খরনা মাগী তুং হন্নতুনা লৈরে হায়না খনবা লাইওংশিং অসি ফংলবদি Stramonium ৩০ নত্রগা ২০০ পীজবীয়ু। লাইহৌগা লোয়নন্না ঈশিং থিংখিবস্তু য়াওরবদি ordital 6 তোইনা পুং ১/২ কাম্ন কান্ননা পীজবীবদা ঈশিং শোয় দনা থাইনকনা।

১১। হকচাং মন্নুং অমস্তুং মপান্দা য়াম্না শাবগী মওং অনাবহুনা ফাওজবা, অঙৈংবা পোৎ য়াম্না পাম্বা, অঙৈংবদা লৈরগা খরা মুংঙাইবা লোয়নন্না হুমিদাংৱাই অমস্তু নোংয়াই যৌদ্রিবৈদা হেন্না মুংঙাইতবগী লাইওং ফংলবদি Phosphorus 6 নত্রগা 30 পীজবীয়ু।

১২। লাইওংশিংগা চান্নবা হিদাক ফজনা থল্লগা পীজবদা কান্নবা ফংত্রবদি Sulphur 30 দোজ অমা পীজবীয়ু। মতুনা হিদাকতু অমুক কান্নহনগনি নত্রগা Sulphur না অওমক ফহনখিবস্তু থেংনগনি।

খওজিনবীগদবা:— (A) অনাবতু মুংশিং মুংশা মরাং কাউ চংবা মোত্তবা কাদা থম্বীগদবনি ১স্তুং মশাদা হাকথেংনবা য়ৈহনবীবদি তোদোইদবনি।

(B) মৈশাত্ন দিগ্রি ১০৪ F য়ৌরবদি অনাবগী মকোক্তা উন থোস্নীগদবনি নত্রগা অঙৌংবা ঈংশিং থোস্নীগদবনি।

(C) লাইহৌ কল্লা হৌরিবৈঙ মপুংদা শঙ্গোম খজিক্তং নত্তনা কবিশুস্না অমতা পীজবীরোহ্নদবনি।

(D) ঈশিং অফবা লুম্বু লুম্বু শাবা নত্রগা লুমথোক্লবা ঈশিং অঙৌংবা মরাং কাইনা পীথকপা য়াই। অনাবনা খৱা ফগৎলকলবা ক্ষাওবদা য়ারিবমথৈ মহি মনাই হায়বদি শঙ্গোম, চ, নত্রগা হোবলিক্স, ছানাগুস্বা লাইনা তুম্বা ৎমগদবা চিনজাক্কমক পীজবীগদবনি।

(খ) সার্জিকেল (Sursical)

(Injuries and Insect Bites)

Arnica Mont:— মখল থুদি মক্কী অশোক অপন্দা য়াম্না কান্নরবা হিদাকনী চাবা অমসুং তৈবা অনিমক
30 & Ext

শিজিন্নগনি। তুৱা, উদগী তাবা, মীনা ফুবা, গাডী এক্সিদেন্ট অমসুং সার্জিকেল ওপরেশন মতুংদা য়াম্না চিকপা নাবক্তুদা শিজিন্নগনি। Arnica Ext মহি ওইনা নত্রগা Ointment ওইনা শিজিন্নবা য়াই অহুবু অশোকপা মফমদু উনশা হৎলবা অমসুং ঈ থোক্লগদি Hypericum Ext নত্রগা Calendula-Ext শিজিন্নবীগদবনি, Arnica দি ঈ থোক তবা অমদি উনশা হৎতবা, পোমখৎপা মফম দুদা তৈগদবনি।

★ খোইবীনিংথৌনা চিকপদা Arnica 30 পীজবীয়ু অমসুং চিক্‌খিবা মযমহুদা Arnica Ext নত্রগা ointment তৈবীয়ু

Rhus Tox 200: & Ext — থবক কন্না ১দি হেক্তিন্না শুকবা, য়াম্না লুম্বা পোং থাঙ্গৎলুবা অমসুং ঈশিং কুমহুনা থবক শুরুবদগী মশাদা চিকপা নাবা তৌব্রকপদা Rhus Tox 200 পীজবীয়ু অমসুং Rhus Tox Ext নত্রগা ointment তৈবীয়ু।

Ruta G 30 :— and Ext — কন্না চৎলুবা, চেপ্পুবা নত্রগা শাংনা চ্‌নু বদগী খুজেঙ অমসুং খোংগী খুজেংদা ইতেক শেকপগুম্না নাবদা শিজিন্নগনি। অকুপ্পা পোৎ শিজিন্নবদগী মিত্তা নাবা, পোৎ অমদা কুইনা য়েংবা ঙমদবা লাইওংশিংদা শিজিন্নগনি।

Hypericum :— 200 and Ext — কা হেন্না চিকপা নাবা ওইববদি Hypericum গী লাইওংনি। শিংলি শোবখিবদগী মকওইনা খ্বাদা শোকখিবা, খুজিন্দা, খোংশাদা, খুবাক্তা শোকখিবদগী য়ম্না নাবা অমসুং চিকপা ওইরবদি হায়বীবা হিদাকসি শিজিন্নবীয়ু। লোয়ননা মা চিকখিবদগী পোম্বা অমসুং নাবা মফমশিংদা হিদাকশিগী Ext নত্রগা ointment তৈবীগদবনি। মসি এন্টিসেপ্টিব অমনি। মসি শিজিন্নহোরবদি য়া চিকশিনবগী লাইওং লাকদবা থিংবা ঙমগনি।

Stapysagria 200—অথৌবা খুংলাইনা শোকখিবদা শিজিন্ন-বীগদবনি। য়া শস্তোকগ্রবা মতুংদা চিক-লকপা, অথৌবা থাংনা শোকখিবগুম্না নাবা লোয়্ননা হঞ্জিন হঞ্জিন্না থুংবা মিৎথৌ তৌ-বদস্ত হিদাকশি শিজিন্নগনি।

Ledum Pal.— মচিন তুম্বা খুংলাই হায়বদি য়োংপিগুম্বনা
200 Ext য়ুবা অমস্তুং থিনখিবদা শিজিন্নগনি। কাং চিক পগী পোমথংপা অমস্তু নাবত্নুদস্তু হিদাকশি চাবা অমস্তুং তৈবা অনিমক শিজিন্নগনি।

খঙজিনবীগদবা—(I) মথক্কী লাইওংদা Ledum শিজিন্নহৌবনা Tetanus তৌরক্কদবদগী কনবা ঙমগনি।

—Dr. Kent

(II) শোকখিবদগী থামত্নুনা লৈবা মযমত্নু হিদাকশি চাবা অমস্তুং তৈবা অনিমক শিজিন্নববদি কোক কনবা ঙমগনি।

(III) Dr J T Kent কী মত মতু ইন্না অতুম্বা পোংনা য়ুবা অমস্তু শোকখিবদা Ledum Pal, অথৌবা পোংনা শিংলি শোকখিবদা Hypericum, মচিন পংবা পোংনা শোকপা অমস্তুং ফু দেকপগুম্বদা Arnica অমস্তুং অশোক অপন তৌবদগী পাংথোকপগুম্বদা Calendula শিজিন-নবদা হায়নিংঙাই লৈতনা কান্নগনি।

Urtica Urens:—খোইনা চিকপগীদমক্তা অকক্লনা ফরবা হি 30 and Ext দাক্নি। লিম্না চিকপদস্তু হিদাকশি পিজবা অমস্তুং তৈবদা য়াম্না কান্নে।

Cedron 30 :— হিদাকশি লিনগী হু চমহম্নবগী শক্তি নৈ লোয়ননা অতোপ্পা মহু পানবা জিবনা চিক-পদস্তু য়াম্না কান্নে

Acetic Acid 30 খোং খুৎ পোমখৎপা, হৌদোংনা চিকপা ১স্তুং ফত্তবা গ্যাসকী মহু হাৎপা ঙমই।

Lyssin 30 :— হুক্ক অঙাওবনা চিকপদা মহু হাৎপা ঙমই।

Golondrina 30—লিনগী হু চমহনবা ঙমই। অস্তুগা হায়নৈ মতুদি হিদাকশি শিজিন্নবনা লিনগী হু চংবা ঙমদে— Dr Rai Bahadur B Das

খঙজিনবীগদবাঃ- লিম্না হেক চিকপগা খুদক্তা চিকখিবা মফমগী হেক মথক্তা মফম ২/৩ কন্না পুনশিনবীগদবা। অনাবতু য়ারিবমখৈ হুমাং থোকহন্নবা হোৎনবীগদবনি। মতু ফৈজুপ খুমজিনবা, চোক অশাবা ওমশিনবীবনা চংবা করিগুম্বা মথলগী হুমাং থোকহন্নবা পাম্নে শিজিন্নবীগদবনি লোয়ননা Stimulants হায়বদি য়ু, Whisky নচিংবা ঈশিং অশাবগা য়াম্নরগা হেক ঙম্নি বমখৈ পীথকপীগদবনি ১স্তুং খাদ্যি শাতুনা অমদি চংহন্দুনা তুমহন্দনবা হোৎনবীগদবনি।

Symphytum 30 :— শরু তেকপদা থুনা তাইশিন্নহল্লি । শরু শোকখিবদগী চিকপা অমস্তুং নাবদা য়াম্না কান্নে । মিত্তা শোকখিবদগী চিকপা অমস্তু নাবদা মসিগা মান্ননা ফবা হিদাক লৈতে ।
—Boericke

Note:—খোইনা অমস্তুং খোইবীনিংথৌনা চিকপদগী রান্থবকপগী লাইওং লাক্লবদি Apis Mel 3 । নত্রেগা 20৩ মিনিট ৭/৫ কান্ননা পীজবীয়ু । লোয়ননা হিদাক অতৈ ফংদ্র বদি তিন্দহৌ মক শোয়রগা চিকখিবা মফমদুদা তৈবীয়ু ।

# মৈনা পোকপা ১স্তুং অশাবা মহীনা পোকপা

( Burns & Scalds )

Cantharis 6 or 30 and Ext :—মৈনা পোকপগীদমক্তা মমিং চৎলবা হিদাক্নী মসি চাবা অমস্তুং তৈবা অনিমক শিজিন্নবীগদবনি । হিদাকশি পীজবীবগা লোয়ননা অশোকপা মফমদুদা Cantharis মলম তৈশিন বীদুনা চোৎ চোৎ লাওনা থম্বীগদবনি । মসিনা ঈশিং হাল্লকপা থিংবা ঙমগনি ।

Hypericum-200 & Ext :— থ্বাইদগী ফববা anti Septic হিদাক অমনি । শিংলি যাওনা পোকখিবা, য়াম্না শাথিনা

চিকপা ১স্নুং শাবদা অমদি নাই হাল্লবা ফাও বদা হিদাকশিনা ফহনবা ৬মগনি।

Arsenic Alb- 30 — য়াম্না পোত্থাফম খঙদবা, চোকথব,, শাবা লোয়নবা মত্থু অশাবা থোমলগা হুংগোইবা লাইওং-শিংসি যাওরবদি Arsenic শিজিন্নবীয়ু ১স্নুং মসিনা Gangrene (শক তোংজাবী) না-রক্কদবদগী থিংহোবা ৬মগনি।

Urtica Urens:—Cantharis শিজিন্নবদা কান্নবা ফংদ্রবদি 30 and Ext Urtica Urens চাবা অমস্নুং তৈবা অনি-মক শিজিন্নগদবনি শোযদনা কান্নবা ফংবীগনি।

Calendula Ext • নাই হাল্লবদি Calendula মলম শিজিন্নবীয়ু। or ointment হুমিৎ খুদিং ঈশিং অশাবনা চামথোকপীবগা Calendula মলম তৈবীয়ু অমস্নুং বেন্দেজ ফজনা তৌবিয়ু। ফত্রিবা ফাওবা অতুম শি-জিন্নগদবনি ꧁꧂

# ঈ তাবা

## (Haemorrhage)

Arnica Mont—শোকখিবা অমস্নুং অঙাং উনববা মতুংদা ঈ 30 and Ext হাযথরকপদা শিজিন্নগনি। লশিংদা লুপলবা Arnica Ext মপান্দা থোম্বীবা য়াই।

**Calendula 6 and Ext.** —শোকখিবদগী নত্রগা কবিগুম্বা মওং অমদগী ঈ থোৱকপদা Calendula Ext তৈবীবা য়াই। মসি য়ামনা কান্নরবা anti Septic অমনি।

**Hamamelis 6 and Ext.** — অবাঙবা অমস্থং মুবৈনবা ঈ লোয়ননা ঈ মপং মচেৎ মচেৎ য়াওদবা লাইওংশিংদা হায়বদি নাকি তাবদা ওইবা যাই, হকচাং থোংদগী ওইবা য়াই, মুংশংদগী ওইবা য়াই, অমদা হেক্তা শিজিন্নবীবা য়াই।

**Millefolium 30** — থেংজিললুবা নত্রগা ফুখিবা নত্রগা য়া শৎ-তোকখিবগী ঈ য়াম্না কন্না হাথরকপা মতমচুদা হিদাকশি শিজিন্নবীগদবনি। অঙাং লাযৈ চৎখিবদা নত্রগা চুম্না অঙাং পোকপা মতুংদা ঈ হাথরকপদসু শিজিন্নবা য়াই। তৌবদবু ঈহু য়াম্না লাঙবা মচু ফজবা ঈ মপং যাও-দবা ওইগনি।

**Ipecac Ix-3x:** — অঙা৲ উন্নববা মতুংদা নত্রগা লাইযৈ চৎ-পদা ঈ হাথরকপা। ঈহু মচু ভাংশং ভাং চুনা যাম্না ফজবা মচু ওইবা লোয়ননা ওনি৲বা অমস্থং ওবা য়াওবা, স্বর হোনবদা থবাক চিনবা ফাওরক্কনী।

**Belladona 6-30.** — অঙাং উন্নবা মতুংদা ঈ হাথবদা অয়াম্বা শিজিন্নগললি। লাইওংদি য়াম্না মচু ফজবা ১হুং

ফুং ফুং শাবা ঈ, লেপ্প্রুবগা অমুক পুম্না লাক·
পা লোয়ননা মায় মাম্না লুম্বা কোক চিকপ
অমসুং খোবাঈ মিহুন কন্না হুনবা থেংনগনি

Bovista 30 °— থাগী খোংকাপ মতম য়োদ্রিভৈদা অমুকহ
লাকশিনবা শম্না হায়ববদা থা অমগী মনুংদ
অনিরককুম্বা লাক্লবদি হিদাকশি শিজিন্নবীয়

China 3x 30 :- য়েকপা নাবা অমতা মাওদনা অমুবা মপং
মচেৎ মচেৎ যাওবা ঈ চৎপা মতুংদা হকচাং
যায়া চোকথবা অমসুং হাযক্লেংত, হুমাই
হুমহল্লি বগী লাইওং ফংলবদি China পীজ
বীগদবনি। অদুগা ঈ হাথগ্রবা মতুংদা China
পীজরবদি চোকথবা ফগংহল্লি অমসুং হকচাং
তেখৎহল্লি।

Secale cor, 30-
200 :— অঙাং উম্নরবা মতুং নত্রগা লাইয়ৈ চৎখিবা
নত্রগা মুপীনা চহি ৪৫-৫০ শুজিল্লক্ক্লুনা ঈ
থম্লকপগী মতমদা ঈ হাথবকপা, ঈচু মন
নমথিগনি, মুবৈনগনি অমসু, খজিক্ক, লে
বদা হেক্কা হাথরকনী। মশাতু যাম্না ঈ
গনি অদুবু ফৈজুপ্তি শুকপাম পামদোই
হেক্কা কাওথোবরকনী ※

## লাইচৎ অমসুং মদু থিংনবা হিদাকশিং
## (Epidemics & their Preventives)

লাইচৎ ওইনা থোরকপা য়াবা লায়না কয়'মুক লৈ। মখোয়শিং অদুগী মনুংদগী য়াম্না তোইনা থোক্কনবা খরগী হিদাক্তমক লাইরিক মচা অসিদা নৈনজগে। লাইচৎ তৌরিবৈ মনুংদা থিংনবা শিজিন্নগদৌরিবা হিদাকশিং অসি য়াম্না পাক চাওনা মীয়ামদা য়োম্থাকতুনা শিজিন্নহনবীবা য়াই হিদাকশিং অসিনা লাইচৎ অমনা মথং মথং এটেক্ট তৌরকদবগী কনবা ঙমই নত্রগা করিগুম্বা হিদাশিংশি চাথ্রবা মতুংদা লাইচ, অদুনা নারকপা তারবসু অনাবদু যাম্না শাথিগন্দে অমসুং অয়াম্বনা শিগদবদগী কনবা ঙমই। লাইচৎ অসিনা এটেক্ট তৌদুনা নারিবৈ মনুংদা পীজবা তারগনা অনাবদু মতম শাদোকহন্দে অমসুং লাইথৈ কয়া লাকদবদগী কনবসু ঙমই। মখোয়শিং অসি লাইচৎ বোরকপদা মীয়ামগী শিজিন্নবা কোন্নবা মবাং কায়না পৈশিন্দুনা থমগদবনি ॥

ইনফ্লুএঞ্জিনম ২০০—ইনফ্লুএঞ্জা অমসুং লোক থুংবগী লাইচৎ- (Inffuenzinum- থিংনবদা শিজিন্নগ ন। 200)

মেলান্দ্রিনম ২০০'—লাইজাও থোকপা থিংনবা হিদাকনি।
(Melandrinum 200)

ড্রোসরা ৩০ '— য়াম্থ য়াম্থ থুবা লোকথু (Whooping cough)
(Drosera 30) গীদমক্তা ঙাকথাক্কবা হিদাকনি।

ভেরিওলিনম ২০০—লাইজাও থোকপা (Small pox) মতমদা (Variolinum200) শিজিন্নবদা লাইনা অসিগী কোস´ তেনশিল-হল্লি অমসুং অনাবত্তু হেক্সিল্লহল্লোই। মসিনা লাইজাও থোকপ্রবা মতুংদা লাকদবা থুদোং থিবা অমসুং অতোপ্পা লাইথৈশিং ডাকথোকপা ডমই লোয়ননা স্কার মার্কশি, থিংবা ডমই।

মোরবিলিনম ২০০—ফৌজুম ফৌরাম লাই (Measles) লাইচং (Morbilinum 200) তৌরকপদা চোক তৌবা ডমই। নারিঙৈ মতুংদা শিজিন্নববদি অনাবত্তু থুনা ফগংহনবা ডমই অমসুং অতোপ্পা লাইথৈ কয়া লাকদ-বদগী কনবা ডমই।

ডিপথেরিনম ২০০—ডিপথেরিয়া (Diphtheria)গী লায়চং তৌ-(Diphtherinum-200) রপকপদা শিজিন্নগনি।

পেরাতাইদিনম ২০০ থৌ পোম্বা (Mumps) লাইচং তৌরকপদা (Parotidinum200) শিজিন্নগনি।

সিনকোনা ওক ২০০—ম্যোলেরিয়াগী লইচং থিংনবা শিজিন্নগনি (Cinchona off-200) অমসুং মসিনা কুইনা ম্যোলেরিয়া নাগদবগীসু কোকহনবা ডমই।

China হায়রগসু চপমান্নৈ

রস টোক্স ২০০:— চিকন পোক্স (লাইজাও মখল অমা) নারকপা (Rhus Tox200) ১সুং লাঙ্গৈচং তৌরকপদা ডাকথোক্লবা হিদাক্নী।

কেমফর ৩০ — কোপেরা লাইচৎ থোরকপদা অমদি থোকত্রি-
(Camphor 30) তৈদা ভাবথোক্লবা হিদাক ওইনা কেমফুর শিজিন্নবা য়াই।

থওজিনবীগদবাঃ—

(১) মথক্তা পঙক্ত্রিবা হিদাকশিং অসি য়াম্না তোইনা চারোইদবনি। অমুক্তং চাবনা য়ামদ্রবদা হাপ্তা অমদি চৎকনি।

(২) য়াবিবমথৈ হকচাংশি অঙ্গংবদা অমুক লৈবা অশাবদা অমুক লৈবা তোঁবাইদবনি।

(৩) হায়রিবা অনাবশি, অসি য়াম্না লৌনগনি। মরম অতুনা ইমুং অমদা কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা নায়রক্লবদি অনাবতুগী চানবা হিদাকু নাদ্রিবা ইমুংতুগী মীওই খুদিংমক্তা পীজগদবনি। মসিগী হিদাক অসিবু Genus Epidemicus হায়না থওনৈ।

লোইববা

2/194

# হোমিওপেথিকী অহানবা লায়েং

অহানবা থোংবা:
আগষ্ট, ১৯৮০
কোপি মশিং – ১,০০০

মমল লুপা ৫'০০

ফংফম :– ১। রাজস্থান হোমিও ফারমাসি
ধর্ম্মশালা রোদ, ইম্ফাল।
২। মনিপুর হোমিও ফারমাসি
থাঙ্গাল বাজার, ইম্ফল.

Printed and Published by Dr Anup Chand Jain at
the Irawat memorial Press, Imphal.